# লৈ পরেং
## অমসুং
# থাইনগী লৈরাং



মনিপুর ষ্টেট কলা
একাদমি ইম্ফাল

# লৈ পরেং

অমসুং

# থাইনগী লৈরাং

ডাঃ লমাবম কমল সিংহ
অমসুং
খুাইরাকপম চাউবা সিংহ



মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি
ইম্ফাল

'Lei Pareng' and Thainagi Leirang' : Collection of Poems
by Dr. L. Kamal Singh and Kh. Chaoba Singh.
Published by Manipur State Kala Akademi, Imphal.
Price Rs. 30/-

অকোঙবা ঃ

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি, ইম্ফাল।

অনৌবা খুৎনম ঃ

দিসেম্বর, ১৯৯৯

মশীং ঃ ১০০০




মমল ঃ লুপা ৩০/-

মখুম য়েকপা ঃ প্রেমানন্দ রোই

মখুম নম্ফম ঃ পদ্মা প্রিন্টর্স

নম্ফম ঃ

জে ঃ এম ঃ প্রিন্টিং বার্ক্স

য়াইস্কুল, জম্মস্থান, ইম্ফাল।

# লৈ পরেংগী

## য়াওফম তাকপা

## থাইনগী লৈরাংগী

# য়াহৌদোক

ইং ১৯৭২ দা লিংথংখিবা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিনা মণিপুরগী সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা হীরমশিংদা পাঙ্থোকচরক্লিবা থবকশিংগী মনুংদা লাইরিক হোঙবগী থবক অসিসু অহৌবা অমনি। হৌজিক ফাওবদা একাদমিনা লাইরিক ১৫-মূক পুথোকচপ্রে। মসিগী মনুংদা খুৎমাবা অইবশিংগী হোঙপ্রবা লাইরিকশিং অসি অমুক নৌনা হোঙদোকতুনা পুথোকপগী থৌরম অমসু পায়খৎ-চরক্লি। পদ্মিং অসিদা একাদমিনা অশাংবম মীনকেতন সিংহগী 'ঙাঙোই পরেং' হায়বা লাইরিক অসি ইহান হান্না পুথোকচপ্রে। অসিগুম্বা লাইরিকশিং অসি অমুক হন্না নমথোক্তুনা মীয়ামদা ফংহল্লবগী মরুওইবা পান্দম অমদি অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী থোঙহৌদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা অইবশিংগী মরুওইবা লাই-রিকশিং অসিগী কান্নবা অসি অমুক নৌনা মণিপুরী সাহিত্যবু পাবিরিবশিংদা থমজবনি। মসি অয়াম্বনা কপি ফংবদা য়াররুবা ওইবনা মরুওইরবা লাইরিকশিং অসিবু অমুক নৈনবগী খুদোংচাবা অমা মীয়ামদা ফংহল্লি।

হন্দক অমুক লৌথংচরিবা লাইরিক অসিনা লৈখিদ্রবা ডাঃ লমাবম কমল সিংহগী 'লৈ পরেং' অমদি থাইরাকপম চাওবগী 'খাইনগী লৈরাং' হায়বা শৈরেংগী লাইরিক অনী অসিনি। মসিসু পাবিরিবশিংগী খুদোংচানবগীদমক্তা পুন্না লাইরিক মপূম অমা ওইনা পুথোকচরি। মথংদা য়ান্না থুনা লৈখিদ্রবা অতৈ অইবশিংগী লাইরিকশিং পুথোক্লবগী থৌরাং লৈজরি। মসিনা থরমথৈদি লময়ানবা কবিশিং অসিবু হৌজিকতী মীরোলনা অমুক নৌনা নিংশিংবদা মতেং ওইগনি থজৈ।

লাইরিক অসি ফোংদোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিহনা কুপ্না য়েংশিনবিখিবা শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ, পণ্ডিতপু একাদমিনা ওমথৈ লৈতনা থাগৎচরি। লোয়্নননা মসিবু নম্নবগী ভার লৌবিরিবা ষ্টাফকা কোম্নবা জে. এম, প্রেসপুস্থ তৌবিমল খণ্ডবা উৎচরি।

লৈমাপোকপম দামোদর সিংহ

সেক্রেটরি

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি

ইম্ফাল।

# অভিনন্দন।

## মৈতৈচন্নু *।

মতমকুইনগীতুংদা,
লেংশিন্নরে ইমা মৈতৈচন্নু,
মৈতৈ-সাহিত্য-মন্দির-মনুংদা ;
য়েন্দাই থন্না লৈছাগুম্না,
কৎলুসি ইমাগী খুয়াদা।

লৈ থিনবগীদমক্তা,
নত্তে অথাপ্পা উমংদা চৎকদবা,
নত্তে অয়াংবা উপাল কাগদবা ;
ইনকনকপদা, খুৎনা লাম্বা কংবা,
থিরুসি পুকনিংলৈকোন্দা।

পুকনিংলৈকোন্দা শাৎপা লৈয়াং হেক্তুম্না,
লিংজেল মায়বগী লংনা লেংদুনা,
থাংবা কনবগী য়েন্দাইদা হাপ্পুম্না,
কৎলুসিনে ইমাগী খুয়াদা।

লৈগী মন্দির শারুসি ইমাগী,
পামদে য়োংকী মন্দির,
মাংগদবা কোহিলং কারগা ;
পামদে নুংগী মন্দির,
লুপকদবা মতমগী ইচেল মনুংদা।

পামদে চেকী মন্দির,
য়াংনা শারগা অমুক্তং,

* ইংলোক ১৯২৪ দা 'মৈতৈচন্নু' কৌবা লেগাজিন্দা কোংদোকখিবা।

মন্দুনা লৈবা মতমকুইনা ;
শাক্লসি লৈগী মন্দির,
তাউখৎনবা মতমগী ঈথক মথক্তা।

কংগ্লগা চোংলকপা অমুকহন্না,
অত্তুগুম্বা লৈগী চারনা,
মন্দির য়ুম্বী য়ুৎলুসি ;
চাউখৎনবা মশা মরেং,
মতম অস্থম কুইরকলগা।

কুম্বী কালেন নাইদনা শাংপা,
লৈগী চার থিক্লসি,
থাক্লসি মন্দিরগী অকোঙবদা ;
মখোং হৈংহনসি মিংকী পি ইফুৎনা।

কংগ্রবস্থ অমাংবা হকচাংনা,
লৈহৌস? পুকনিংগী লৈরাংহু।
শাংহৌসমু তগুপ তগুপনা,
মাতৃমন্দিরগী অকোঙবদা।

মাতৃমন্দিরগী লৈনম সুংশিবা
তপনা লিরি লিরি শিৎপা মুংশিৎনা
হুমখিসনু মৈতৈ লৈবাক খুদিংদা ;
তেকখৎসনু শিক্লম নাক্লম্বা মৈতৈ।

পুকনিংগী অশোংবা উমং ককথক্তুনা,
থাসমু তক্ল তক্লবা লৈগী চার
মাতৃমন্দিরদা কৎননবা ;
শেমসমু নিংথিবা "মিকুঞ্জবন।

অথাপ্লদা লৈবা অনকপদা লৈবা
অচৌবস্থ অপিকপস্থ

## লৈ পরেং।

নিংনসি মৈতৈ চনুগী মচানি।
লৈগী পরেং তত্তনবা।

হে লৈবাকমচা মাতৃসেবক!
স্বার্থত্যাগকী শিদহিদাক,
থাবিয়ু মন্দিরগী অকোঙৈবদা,
পুনশিবা পামলবনি মৈতৈ চনুগী।

মাতৃমন্দিরদা হৌবা লৈপাক
কেল্লকপা লৈরাং এখেক লোঙৈত্রুনা,
পুখিত্রুনা মতমগী ঈচেন্না,
তাউকুসনু সমক্রু শানবখুংনা।

মাতৃমন্দিরদা হৌবা লৈপাক
চাউখৎলকপা মশানরে না,
অত্যাদা থৎসন্নু নোংগী লম্বী;
পোত্থাম্নসন্নু মীরবাক্কা চেকলা।

মৈতৈগী তম্পাক্লা হৌব লৈরাং,
থাক্রুসন্নু সমক্রু রাংমদস্ত
শাৎলুসন্নু ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয়দা;
করি ঙমলোইদগে 'লৈ পরেং' না তত্রবদি

---

## খোংগমমেলৈ।

ঈশিংদস্থু চাউদবী, কংফান্দস্থ হোদবী।
উদা তাংলে উতাংবী, রাদা তাংলে রাতাংবী।
পরেং লেংসি পেদৎনবী, নাচোম শাস নাওথী শাবী।
মুংশিং শিংলে মিপাইথীবী, খোইমু শাকলে ইকাইথীবী।
মুমিং খোকলে ঙকনৌবী, মুংশা য়েরে পথগনবী।
উরী হাঙৈসি হাঙৈঙমদবী, পাম্বী কৌসি কৌনিংদবী।

সনারৈ চুদা য়েংলে, য়েন্নমলৈ ওংদা য়েংলে।
কম্বোংমাল নউ উরে, কবাকমাল * ননা হাঙ্গইরে।
ঈপাকথক্তা শাৎতবন্না, ঈন্নাকনবগী কিবনা ?
কংকানদসু শাৎতবন্না, নেথৎকনি নিংহুনা ?
খোইমু পাইরকনি কিহুনা, মুংশি ননম লোৎপন্না ?
হেক্কনি হাইনা চিংনহুনা, উথক্তা কাহুনা লোৎপন্না ?
তোমশাৎনবা কিবনা, পরেং ওইনা শাৎপন্না ?
মালংববু কিবনা, ন-না ন-উ পিকশিনবন্না ?
অক্লম্বগী কিবনা, ফজবা নহৈ য়াম্রবন্না ?
নোকনগনি খন্দুনা, নকাফম্না শাক্রবন্না ?
ওইসনু তিংথংমরক, ওইসনু নারক অশোংবা ;
মিৎয়েংকম ওইরেদো, মফমদা শাৎলু শাৎলুবা !
লোত্তুনা করি কান্নগনি ? নশকনা নংগী য়েকনরন্দা ;
হোজক লাইশং নাক্তা, শাৎচক্ক কবিগী পুকনিংদা।
অকি অথং লৈররোই করিগুম্বা মতমদা,
শান্তি কংগনি নপুনশি চুপনা নপুকনিংদা।

---

লৈশক থংদবা লৈপাল।

ভারতকী লৈকোন্দা লৈতেংলিবা,
বকুল পাম্বীগী মমিংচৎলবা,
চার অমথক্তি নিংথিজরবা,
থারুহুনা লৈকোন্দা উক্রমলাংবা,
পোমথিদরে মকুম'থা য়োবদা ;
য়েন্নিং হুনখিদরে বসন্ত ঋতুদা।
নিংনথদে উতাংবীনি হাঙ্গইহুনা,

---

*কবাকমাল=কবাকথাং মানবা।

লৈশক থংদবা লমলাম্বশিংনা ।
নোংচুপলোমদগী তপনা শিংলকলবা,
থৌগন্দুনা মালংবনা ইংলবা,
লৈপাল অসে লৈশক থংদবা,
লৈয়াং পোমলকলে তনৌ তনৌবা !
বসন্তগী অয়ুক্তা শাংলমলবদি করিগুম্বা
কিন্তুন' মৈশা লাংলক্কনি য়াকলবা,
পোমহৌদ্রিবা ওইরবোই মতমচানা !
লৈয়মলবোই কালগী মতাম্তবু চাইদুনা !
হে লমলামবশা লৈশক থংগনবা !
উতাংবীনি থল্লিবয়নে হৌজিক কাওবা ?

---

লৈপাকলৈ ।

নায়ক্কা শাংপী থোংনেম্বী, লম্মাংদা শাংপী পাঙ্গনবী ।
কালেন-মুংশা থাংজয়বী, ইঙাগী নোং নংজয়বী ।
ইঙেলগী লেন থাংলবী, মুংশিং থেংনয়বী শজিবুগী ।
কনাগী পূকচেল থংবগে, শকক্ষম য়েংদুনা মপালগী ?
মাগী নৌয়বা মনানা ইঙাগী নোং কল্লিদো !
মাগী থোংলবা লৈনানা কল্লবা মালেম থিনগাইদো !
মাগী নেমলবা মউনা, মুংশিং থাংইদো শজিবুগী !
নিংত্রবীনি উপান্দা তাংগে, কিত্রবীনি নেথংপগী ।
পাজয়িবী লৈপাকলৈনি, মথম্মতগী মথোনানা ;
হে পাথংশা ! থোওইদবা তোগন্নু পাঙ্গল শোনবীনি হাঙ্গৈদুন। ।

---

## খোইমু অমসুং লৈ।

( অপোম্বা লৈ য়েংহুনা )

খোইমু। নৌনা পোমলকলিবী লৈরাংশা !
কনায়েংহুনা হরাওবগে ?
মাইথোংফম্না নোকলিবীশা !
করি থন্দুনা মকায়াম্বগে ?
তমথীরবা তীম্না চিক্তুনা,
অরেম্বদা কংগনি থল্লবোই !
মালংবনা হুমদোক্তুনা,
লৈখোক্কুগী কে'ন্নি কাউরবোই !
ত্তয়াংতশোইবা উহুনা,
মীনা নোকনগনি থল্লবোই !

অপোম্বা লৈ। তেংবানবদ পানবনা, থ্বাংজেংবা !
কয়াগী মতিক মুঙাইবা,
মাহুক্ কুরিম্ থংজদ্রিবীনিনা,
সুংশিহৈতবা তীম্না চিক্তুনা,
থারবস্ যাইবী থরাই,
নিংঙমদবা লৈহৌরোই।
মুংশিবা ইনম য়াওদবনা,
হুখিনি চিংনদে মালংবনা !
পুকমুংদা লৈহী লোত্তুন,
চুপকনি কিরুদে খোইমুনা।
ফজবা অথীবা অমত্তনি ইমিক্না,
চৈবা থাগৎপা অম্মানি নাকোংদা।

( পোমশাংনবা লৈ য়েংহুনা )।

খোইমু। পোমশাংনরবী শীঙেল্লো !

ওহৈরোঙ্গ ইকাইখীব্রেদা !
খুনমক শাংকাঙ্গৈরকলো,
চালিরো উনা মরক্তা।
মকুমদা উনাপুংবা,
কবিগী লৈরি লোত্তুনা ?
লৈরাংনা শৌরাংতা লোম্বা,
'চোংলি' 'ইমা' হাঙ্গৈত্থনা।
মাখোইগী থৌরাংসি উবদা,
পোক্ত্রা পুকনিংদা সুংশিবা ?
পোকলকপগী জেবানবদা,
নবাজগী কবি শাংথোকলবা ?
কংখিবা থোকলবদি কম্রিগুম্বা,
হৈদোকপ্রনি লম্বাংদা,
মনম সুংশিবা নশক কজবা ;
লৈমন চনপ্রনি অরেম্বদা !

ামশাংনবা লৈ। খাংজেংবা ! পোমশাংনবা হাঙ্গৈবসি,
মতমনিদা খুদোংথীরবা !
থম্রনস্থ হৌজিকমক শাংসি,
মপুং ফাত্রি ইনম গুংশিবা।
শাংতহ্না লৈসি হাঙ্গৈরবস্থ
চনগনি অপোম্বশীংদা !
খোইমু 'পাইরকপা উম্রবস্থ,
পুকনিংগী আশা থুংদ্রিঙৈদা
মপুং ফাত্রিবা লৈহিসি.
চুপথোকখিত্রা খল্লিদো !
নৌনা চোংলকপা লৈনাসি,
চম্রদনা কংখিপত্রা তাইদো !
শাংসি ফিরে পোমসি চিংনরে ;

'নুং অনিগী মরক্তা হা ওইরে ।
পুকনিংগী রাখল পুকমুংদা কংলে,
পুনশিগী আশা পুনশিদা তিনখরে ।

খোইমু । চন্দন পাম্বী কয়া কয়াবা,
চীং-মাল-নারক-শীংলক্তা,
মাং'গুম অরেম্বা উকং ওইদুনা,
পুকনিং লৈকোলগী অথুপ্পদা,
থারিবা চন্দন পাম্বীদু চেকশিন্না,
কংপ্রমিদো অরেম্বদা !
পুকনিং হকচাংগা লোইননা,
খংহৌররোইনে কনা'মত্তা !
রাখল পুমনমক থাদোক্তুনা,
হুন্দোক্তুনা ইকাই-ইকি,
শাংলোনে লৈকা কয়া,
অয়ুক অঙনবদা চাওখৎপগী ।

---

চন্দ্রনদী ।

থাপনা উরিবা চীং অসি ওয়োকনা কজেলা !
নৌনা পুকনিং হুনা নিংখিদা,
ইংনা লিক লিক লাউইদা ।
শংবানবা অতিরামকপুত্র নঙ্গংলিদা !
মাসি শংবানবা অত্যাগা শমনপ্রবরনে ?
অমুক্তং য়েংঙুরবদা,
মিংকম হোংবা য়াদেদা ;
অহবু অওইবমক মাসি মাগী মচুরনে ?

মক্তে;—মখোংদা চংলবদি উবা ফংগনি;
লোংলবা শা-কৈনা থল্লবা,
নারকনি, ভিংথংভুম্বৌ হৌবা;
ভিংখৌ হোবা লৈতেম মাল্লবা লম থল্বতনি।

অরাবনি অনকপা চন্দ্রনদীগী দৃশ্যদি!
তোর্ব্বানস্থ নারক ওইদ্রে,
মনুংস্থ নাপীনা থনদ্রে,
তৌইগুম্বস্নুং ইতিহাসগী ঈচেল চেল্লি লৈমুংদদি।

মতম অমদা মহাক্ষী অকনবা ঈচেম্মা,
তোর্ব্বান্দা হৌবা উপাল রাপাল ফুক্তোকলমই।
হৌজিক্তি ফল্গু গঙ্গাগুম্না,
লাইজা ঈচেল থাদোক্তুনা,
পুকনিংগী অথুপ্প মফমদা, মনুংদ-মনুংদা,
অরাবগী ঈচেল চেল্লি লোম্না লোম্না।
অতুগুম্বা ঈচেন্দা কনানস্থ উবা ফংদেদো!
কাঞ্চিপুরগী অরাবা পাউবু পুথিহ্লনা,
অহিং মুংথিল নাইদনা,
চেহ্নি অমস্থ-সমদ্রু তমনা।

লোক্তাকলোমদা তমলমই, লাইজঈচেল চেল্লিখৈদদি,
মপালনাইদবা অমস্থ-সমদ্রু তমদ্রে হৌজিক্তি।
কনানো শকহেনবা মীগী তোর্ব্বান্দা লেপ্তুনা
ঈরুজগে খোরাংলিবা, খোরাংবা মিংয়েংনা য়েংহনা?
ইরৈপাক্তস্থ ভুরেল লৈ, ঈচেল কাদ্রে থল্লিবহু,
তৌহনা য়েংসি অমুক্তা, য়েংসি খোরকপা লাইজহু;
লুরবা লাইজ ফংগনি, ঈরুজরবদি ঈশিংহুদা,
ইংগনি পুকনিং হুকচাং, কয়া মুংঙাইগবা পুকনিংদা।
লৈ-স্থ থাসি তোর্ব্বান্দা, য়ৈসি হিদেন্দা চেকী থাক,

ওমজরনি ঈকজবা অশোন অনা পুন্নমক।
পোক্লকম লমদম থাদোক্নুনা, হাপ্পুনা থরাই খুবাক্তা,
লনতানবা চৎনৈ খুদোংথীব্রবা মকমদা।
ইরৈপাক্তী মনুংদস্তু মিংচৎ মমল য়াম্নবা,
ফুমদুনা লৈরি লৈমুংদা, তান্নুসি শকহেনবা।

---

## চীংয়া-লৈহাউ।

মোইরাং লাইজাদা কাঞ্চীগী
য়াংলবা লৈচিন খেংনা,
মখোংদা চীং নাপোম অমগী
পাম্বী'নি হৌরি থাব্রাংনা।
পরিজাতকুমনা অমরাবতীগী,
শীঙেলসি মমিং চৎলি।
লৈকোন্দা কাঞ্চীপুরগী,
'লৈহাউ লৈরেন' শোম্নরি।
লৈহাউ লৈরেনসিদি,
হাকনা চাউদে হাকনা পিক্তে;
চুপ্রবদি কোক্তে মনমদি,
য়েংবগী পেনবস্তু নাইদে।
লৈ·না পুম্বুম তারিবা,
লৈখোক; মনা'ম য়াওবা
লৈনম চুপ্রবদা কোক্লবা.
বিধাতানা করমনা শেমলঘা!
লেপ্পুনা চীংয়া ভমরাদা,
জারেপ্পা নত্তে মুক্তাইবা,

খংহল্লি লম্বী চৎপদা,
পাউত্তাকসি মমল খামলবা।
মতম অমদা খুৎলাই পাঙ্গৈবনা,
ঙাকলমই লৈখোংদা,
অপোম্বা লৈ অনৌবা মনা
মাংহল্লমদে অৱেম্বদা।
হৌজিক্তি লৈপাল অসি,
মতমগী ঈচেল হোংবনা.
হোংগ্রে মুঙাইবা পুনশি,
য়েংবিহৌ পুকনিং চংনা!
শাৎকাঙ্গবা লৈ'মগী দমক,
অপোম্বা তৱা মাংনৱি;
ফজবা মনা'মগীদমক,
মশা তৱা থুদেকপিৱি।
মনা, মশা, অপোম্বা লৈনা,
ইচাই চাইৱে লৈখোংহু;
লৈহেকপা লাকইবশিংনা,
নেথৎলি কেল্লবা লৈশিংহু।
লৈশাৎপা মতম য়ৌবদা,
ফজবা হেনগৎলি খ্বাইগীদি,
কপপু কপনিংই খল্লুবা,
অৱাবা মতমনি মহাক্তীদি।
খৱনা পোমশাৎনবা,
য়েংজৱি মূনা মূনা
মরুমদা উনাপুংবা,
কেকনি হাঙ্গবগী কিবনা।
মশা থুদেকমনখিবদা,
লৈপালসি মনা পুংবা
পুঙকোক কোকলে য়েংবদা,
মতৌ মাল্লে মরু কোকপা।

কিবনা মীনা নৈথংপা,
লোংলমলিবোই চীংয়াদা!
তম্বগে কয়া কুইনা লোংপা?
মীনা থনপ্রেনে লৈথোংদা
পামলবদি মীগী কান্নবা,
থাংগদবনি মীনা ওংপা!
কনানা কান্নবা তৌখিবা,
থাংখিগদগে মীনা ওংপা!
কংলো কংলো লৈহাও লৈয়েন!
মিংচং উয়েং খিল্লমহ্না।
থাদোকলমলো অয়েম্বা তাইবংপান,
হৌরুরো শান্তিগী লৈকোন্দা।

---

## বিশ্ব-প্রেম।

হে পাখংশা! বিজ্ঞান হৈয়বা,
করিগীনো মন্ত্রবু থাজত্রিবা?
পাল্লবদা মুংশিগী মন্ত্রনা
মিং ভাংগনি পাংনা পাংনা;
না পংগনি ভা-না ভা-না;
পংগনি লৌশিং থোনা থোনা।
লৈনম হুড়ুনস্থু মলয়ানা,
"মুংশি" "মুংশি" হাইনবগুয়না,
পূকনিং হুড়ুনস্থ মুংশিবা মীনা
মথনগনি "মুংশি" "মুংশি" হাঙৈনা।
তিংখং পাল্লবস্থ কেতকীনা,
মনম মুংশিবগুম অহোইনা,
নিতাই চাউর চাউরগা মুংশিবনা,

" মুংশি " মথনগনি থোইনা হেন্না।
চৈ থাংলবস্ মুংশিবা মীনা,
হীদাক অথাবা চাবগুমনা,
হেন্না তেকখৎকনি নশাদু,
হেন্না মুঙাইগনি পুকনিংদু।
নাওথী শারে মচুংশিনি :
শুগৎলে নোকলকলে নীংগনি।
শনথিক পরেং মুংশিবগী,
হক্কোক্কুনা মুংশিবগী ওকশমদগী,
য়েকমবদা শিবিবা ওমলবা,
প্রেমিক কৌই মুপাদু অশেংবা।

---

## নীরব রজনী।

থাবল ফবী অহিংগী মত্তম শ্রৈক্রকলে,
মুংথিলগী লাউশোংবা নেমথরক্কলে।
ইচীক চীকথরে মালেম পৃথীগী,
থেংজিলকলে অহিংগী মতমসি।
ফাক্কক খুমথরে চীংয়া তময়,
থা-শ্রাম্মিচাকনা লৈতেংব্রে মতিম্না।
পোম্বী-চেকলা য়াহিপব্রে মঙুমদা.
শজী-শঙাই য়াতাব্রে তিজেংইথক্তা,
নিংথৌ কোমুং পৌরোল লোনব্রে,
লাইরা থাংপোকস্ থোং থিংব্রে
চপ লেপনব্রে উরী রারী তুমিন তুমিন্না,
শংলেল শেৎব্রে চীংশাং নাপোমনা।
তুমথিবা উরহুনা মলয় পর্ব্বতনা.
হুরাক্ককলে হৈনম লৈনম মলয়ানা।

মনম হুংশিবা হুখিগত্রা কিন্থনা,
মিশেং খাংগ্রে থরো থারিকথানা ।
উইরকলে উপাল মহৈ মুল্লকলবা,
'তুপ' তুপ' কেনগ্রে উহৈ অমুনবা ;
শেগাদগী হিন্নানবীগী মচা নাম্বখিগুম,
অমদি তম্বাক্কগী উইরিদৈা ওম্বখিগুম ।
মীচিকপা তাঙ্গা ফংজরহুনা,
কল্লকচাউবা তুন্নেনগী লৈরাইনা,
ঈচেল থক্তা 'ঝম' 'ঝম' চোংথরকলে ।
শাউহুনা ঈচেম্মা ঈথক হৌরকলে ।
করিগুম্বা হানগ্রবদি নোংঙানবনা,
তমথীবা খোইমু পাইরকনি কিন্থনা,
লৈখোক লোঈরবা লৈরাং কেনগ্রে ;
ওম্না খোইনা উফুল থক্তা খাংগ্রে ।
হূগে তৌবদা লৈগী লৈনম মলয়ানা,
'তুমগ্রি' 'তুমগ্রি' লাউরকলে উনা অকংবনা ।
য়েংউ ! প্রকৃতিগী মূর্ত্তিসি ইংলবা,
ফমহুন লমদমদা মীচিকপা,
অশংবা থাগল মথাদা অতিয়াগী,
থাংমৈ থান্দুনা থা থবানমিচাককী,
থাবলগী অঙৌবা লমথাং থোনগ্রে ;
থোং থোংনাওগী মিৎ লীগীং উইশিনগ্রে ।
পুগ্রী পাৎপু লীক্লাইগী পাত্র শেমথরে,
লৈরাং নীংথিজবা হাপকৎথরে,
লৈচীন নোংফাইগী ধুপ থারকলে,
অহিং লিকলাগী পি তরং তরং শিন্থহুনা
থুরমজরকলে পুকচেল অনি লোংদানা
ভেংবানবা শেম্বিবা মবুঙোবু ।
ঈচেল নাইবা তুন্নেল খিখিকনা,

য়াকাইরোল শকলকলে খোঙ্গেল পিকনা।
উনা পুংবা উপাল খিবিকন' তপনা তপনা
চামর খোৌগল তৌরকলে হাই-হুমহুনা।
অমুনবা উহৈ থাদরকলে হৈপাল খিবিকনা
তেংবানবা মপুগী থুয়াখাদা।
লৈগী পরেং কংশিল্লকলে শিংগারৈনা
তেংবানবা মপুগী থুয়াখাদা।
প্রকৃতিগী লাইনিং কাঙ্গৈনি কিহুনা,
নিত্রা শান্তি মচিন মনাও অনিনা,
মাইকৈ মরিদা মিকুপ নাহুম য়েংগ্রে ;
কৌজেং হারৌন তেংবানববু নাউশুমগ্রে।
'ঝম' 'ঝম' কিঙ্করকপদা লৈরাইনা,
ঈথক হৌগ্রে তুরেম্না নুংশাথীহুন'।
উবদা কেল্লকপা অকংবা উনা,
তপনা হুমদোকগ্রে মলয়ানা।
য়াওল্লকনি চিংনহুনা উচেকরায়ানা,
মুনা মুনা য়েংগ্রে থাগী থাবম্না।
শুকলবা চিকলবা চীংনুং মাপুংদা,
করিশুম্বা লমলকী শানা খোংলকপদা,
চীংলাইনা থামজিল্লকলে প্রতিধ্বনি তৌহুনা।
করিশুম্বা নোংইন্ন' পাইরকত্রা কিহুনা,
তাল্ল মগ্রে চীংয়া তময়াদা লৈচীম্না।
অপামনুংশি কাঙ্গৈনরবা কনাশুম্বনা,
লাউথোংহুনা কপথোরকনি থন্দুনা,
তেন শংগ্রে তেঙ্গোংদগী নিত্রা দেবীনা।
অহিংসিদা অস্থকী মতিক চিকলবা,
অনুতাপনা চাকলবা থম্মোঙ্গৈসিবু ইংহম্নবা,
নিত্রা কদাই—শান্তি— কদাই-কদাই থাবল ?
থংলে অনাবনা হেজিল্লকলবদা,

অরেম্বনি হিদাক অরেম্বনি সেবা,
মৃত্যুমুক্তি মতমতনা হিদাকনি অশোইব'।

---

## নির্জ্জনতা

সুমিদাংরাইরম য়োরক্কুনা,
সনাঅহিংবা মশেকনা,
উতোল রাভোল লৈতেংছুনা,
পোথারকলে অঙানবা নোংচুপ্পা।

পোম্বী চেকলা অয়াম্বা,
পাইরকলে মহুম তান্না,
য়ুমশা, যণ শগোম্নচিংবা,
মমাই লৈনশ্রে থ্রুকতমনা।

ব্রহ্মচারী অমম্নু কনাশুম্বা,
থাদোক্কুনা তাইবংমীগী অপাম্বা,
পুকনিং তপনা লাইমিংগে' হাঙ্গনা,
চংশ্রে অচিকপা লমদম তমনা।

উথোং অমদ' ফমচুনা,
য়েংলকলে মিৎ কুপ্পুনা,
অচিকপা লমদমগী ফজবা;
থল্লকলে পুকনিংদা মওল মওল।

হৈনম লৈনমনা চুরবা
মলয়া সুংশিৎনা ইংলবা,
শিৎলকলে তপমা তপমা;
য়াচংবশী অমম্বা মরক্তা।

উনা-য়ানা লৈ-শু খিবিক;
হাইহুমলকলে ভপনা ভপনা,
মুংশিবা খোঞ্জেল অমখক,
পোকলকলে উমং'দুদা।

খোঞ্জেলদুগা তিমহনা.
মিরবা খোঞ্জেল অমা,
তারকলে শেংকাত্তুনা,
ব্রহ্মচারীগী নাকোংদা।

"তাও ব্রহ্মচারী ওসিদি,
কোংদোকলগে রা পূকনিংগী,
'অচিকপা' কৌই ইমিংদি,
মবেশ্মনি লমদমসিগী।

ঐদি সহর অচৌ অচৌবা,
লৈরক খুল্লক মী তাবা,
লমদম মীয়াম তিনবা.
হয়া য়েংদে থাপনা চেল্লোকই।

ইতিহাস নিংখৌরেল খুদিংগী,
য়ারী অকন অথৌশিংগী,
থাবল চোংবি শাবী শানৌগী,
তাজনিংদে তাজনিংদে।

ইংলবা উমং মল্লাইদা.
চিকলবা চৌয়া-তময়াম্না,
শোংলবা নারক শীংলক্তা,
লৈকমনি লাইবকথীবীগী।

হৈ য়া হৌবা হৈকোল্বা,
লৈ-মুনা [illegible] [illegible],

অচৌবা চীংগী চীংদোম্বা,
শান্নকমনি পাঙ্গল শোনবীগী।"

"মথন্নতা হৌন্নকলগা,
কংজখিবা মথন্নতা,
উন্নী-বান্নী-লৈ-স্নুগী পুনশিনা,
পুনশি-লৈ-পরেংনি ঐহাকী।

সমাজগী ইতিহাস,
মপুংকাদে মপুংকাদে।
খুন্নক্তা শানবা ব্রান্নী,
মন্নীক চুমদে মরীক চুমদে।

তেংথাহনা কপ্পতনা
থম্মোই শোক্তে থম্মোই শোক্তে।
তুমিন্না লৈতবনা,
ব্রাদবা নত্তে ব্রাদবা নত্তে।

মীওইবগী লাইবক থীবনা,
ফোংদোক্তবা অন্নাবা খংবিদে কনানা!
মরোল থোক্তবা কনাগুম্বনু,
'উকংনি' খল্লি মীওইবনা!

খজিত্তুং শোকপদা তিংখংনা,
কপলিবী তেংথা নাওইহুনা,
মুপীসিগী ব্রাথোং ব্রান্নীদি,
শকনা শোম্নদ্রে মী খ্দিংনা।

নৌনা মপুন্নোইবা খাইনরবী
ইকাইথীবনা কপখিত্রবী,
লকান্নুংদদি ব্রান্নৈ চাকলবী,
শকনা শোম্নবগে কনানা?

মশক থীরবী লাইররবী;
মরোল থোক্লবী লৌশিং থেল্লবী,
মথরাই থাগ্রবী নিংবা থুংদনা,
শকনশোম্নবগেনে কনানা ?"

"তীর্থস্নান তৌরিবা চহি খুদিংগী
পূণ্যগী রারীদি হুপা'সিগী
নিম্নগ্রে লৈরক খুল্লক্তা
শকনা শোম্নগ্রে মচী মচীদা।

অদুগা মপি তরং তরং চেন্দুনা
'তীর্থ দর্শন কংগ্রে' হাঈনা
কমুংদা লোংনা হিগুনা
কপালিবা হুপাসিগী রারীদি,—

মীপুমতিংনা হংলুদুনস্থ
'থংই' হাঈরমদে কনানস্থ,
চেনা খুদিং হাইদোক্তুনস্থ
য়াওরমদে ইতিহাসদা।

মিংকুপ পুংজা খুদিংগী
পাক-চাউরবা তাইবংসিদা
অরা অনা কয়া অস্থম তৌনা
মাংগ্রবনো থংহৌদনা !

কাব্য কয়াদা ইনরিবা,
পুনশিত্নদগী হেম্না রাবা,
হৈদোকগ্রেনে পুনশি কয়া
মী উদবা লঙ্কাংদা !

ইতিহাসদা শীংথানরিবা
অকলঅথৌশিংত্নদগী

থোইনা হেন্না কনথোরবা,
কেমন্নে খংহো উহৌদনা !

জাতিগী ইতিহাস হাঙ্গবসে
মিৎনা উহৌবা, নাকোংনা তারবা
মরিক চূমনা ইবতনি রারী খরা ।
কোংদোক্তবা পুকনিংগী রাদি
কররমনা খংগনি মাহাকনা ?

কাব্য হাঙ্গনরিবা অসিস্থ
উহৌবা, তাহৌবা, কল্পনানা ফংবা
হিরম খররদং লৈতেং হাপ্তুনা
ইজবতনি পুকনিং হুনা । "

" বিজ্ঞাননা মমিং তাংলবা
ইতিহাসনা মনা পংলবা
হিরমশিংহু অহুগুম্বা
তাদবা উদবা লৈতে ঐহাকনা ।

হে ব্রহ্মচারী নৌনা লাকইবা !
পোৎকী মমনবু অচুম্বা,
খংহৌবা, উহৌবা, তাহৌবফনা
লেপনবরনে চাংতমনহুনা ?

অহুমনা চৎলররবদি সমাজদা,
কয়ে—চেক্কী সিড়ি মথক্তা
গামলা মথক্তা লৈতেংলিবী,
লৈয়াংসে ভার্ব্বিনা কৌবী,

মথক্তনি শককজবদা
মথক্তনি মনমঙ্গুংশিবদা ;
অচিকপদা শাৎপী কেতকীসি
অয়েম্বনি মাগী পুনশি ! "

"ইথক্তা অত্যাগী মকোঙ্গদ
নোংথাং কয়া কুপপ্ত্রবা !
নোংমৈ শীংজং কয়া তাপ্ত্রবা !
নোংশা কৈ কয়ানা কোঙ্গিপ্ত্রবা !

ঐগী চিকলবা তম্পাক্তা কুন্দুনা,
লাইনিংবা সাধু কয়ানা,
ঈশ্বরবু উপাসনা তৌজহূনা,
সিদ্ধি ফংপ্ত্রবা নিংবা থুংনা !

সুংশিহৈত্রবা মীহাৎপা কয়ানা,
মীগী মকোক পুশিলক্কুনা,
লোৎলরিবা ঐগী ইকুমদা !
তুংজুংইদকো থল্লুবদা !"

"ইচিকহল্লকলবা অহিংদা
মীনা তুমনহিপনপ্ত্রবদা
ইংলবা থাবলগী অঙৌবা ফিজ্জংনা
কয়া কুপপ্ত্রবা ঐগী ইথক্তা !

ঐনা রারী অমতসু লীথোক্কে।
কনাদসু পুক্লিং ফোংদোক্কে।
মী খংহন্দনা মকুমদা লেপ্তুনা
হিরম পুমনমক য়েংই মুম্না মুম্না।

ঐবু শেপ্নিরম্বদ বিধাতানা,
পীবিরমপ্ত্রবোই কাউহূনা,
পাম্বৈদি পুকনিং ফোংদোকনবা।
পুকনিং পীবিরমই খম্নবা।

মীনা ঐবু হেক য়েংবদা,
নিংনৈ শাস্তি লাইরম্বীনি।

অদুগা কনাগুম্বা অমনস্ম
খম্লৈ অরাবা লাইরেম্বীনি !"

ব্রহ্মাচারীনা হাঙ্গৈরকই,—
"মীনা শান্তি লাইরেম্বী কৌসনু
অরাবা লাইরেম্বীসু হাঙ্গসনু
ঐগীদি ইমা শকপী লাইরেম্বীনি।

ইমাগী তম্পাক্তা তূম্বগুম
তূমজগে নংগী তম্পাক্তা।
শান্তিগী মশক ওইবা অমৃত
চূপচদুনা হিংজগে য়াইবী থরাই।

লিকলাগুমনা থমনাথক্তা পকপা
পুনশিসি তয়াংতশোইবা
থমনা খেঙোংনা গুামথবা মতমদা
তিনজরে নংগী পুকনিং পুঙ্গীদা।

সমাজগী মরক্তা লৈবস্থ
লাংতকনরকই পুকনিং য়ামনা,
পাইনিংলকই ইশা পান্দুনা,
ভেংথানিংলকই লোল থোক্তুনা।

হৌখিবা শরুক্তা ইপুনশিগী
পারুরে ইতিহাস সমাজগী
লেমহৌবা পুনশিগী শরুকসি,
পাজগে নংগী জীবন ইতিহাস।"

---

# মৈতৈ-কোকিল।

( কনাগুম্বা কবি অমদা )

হে মৈতৈ লৈবাক্কী কোকিল!
মতম কুইনা তাখিন্রে নংগী খোঞ্জেল।
পাইথ্রগে নিংলবরা শাওদুনা,
নপিজা কোকিল লৈতে উদ্দুনা।

লোংপা য়াররোইনে হৌজিক্কি,—
নোংমা তাহৌরে নংগী খোঞ্জেল,
নোংমা খোংথি নখৌ পোংনা,
মৈতৈ উমংগী উশাদা তোংদুনা।

নংগী মিন্নবা খোঞ্জেন্দু তাগদবগী,
নাকোং থাঙ্গৎলে মৈতৈ কয়াগী ;
পাইরকলো মৈতৈগী লৈকোন্দা অমুকহন্না,
খোংলরো নখৌপোংনা হান্নগুমনা।

লৈকোল কোকিলগী খোঞ্জেল তাদ্রিবা
তাজনিংবনা খৌরাংনা গাইজরিবা ;
পঞ্চমস্বরনা খোংদুনা তাহল্লোবা
চত্তুনবা মীরৈবাক্তা কোকিল থিবা।

কাইদোংকম উশ থাদোক্তুনা,
চাক্তাকম লম্মাং হুন্দোক্তুনা.
কন্নিগীনো য়োংকী শারং পাম্মলিবা ?
ওমলোইকো হয়েংতুংদা পাইথোকপা।

কোকিল অমা খোংথি কুইথ্রবদা,
উজ্জয়িনীগী উনাপুংবা উমংদা ;

ইংহন্দুনা থমখি ভারতকী লৈকোল,
শুন্নাংখি পৃথ্বীপুম্বা মিরবা খোজেন্না।

তামনা অমস্থ খোংখি থাইনবৈদা,
নোংচুপকী সমক্রুন্নাংমগী চীংমুংদা ;
চীংমুং কয়া সমক্র কয়া লাম্থোক্তুনা,
ইনিল নিলহনখি নোংপোকী তোর্ব্বান।

উশা খুদিংদা ভারত লৈকোলগী
চেকলা চামা চামনা তোংহুনা
খোংলি পুকনিংহূবা খোজেন্না ;
পুকনিং ইংহল্লি মী লিশিং লিশিংগী।

মৈতৈগী লৈকোলসে অস্থক ফজরবা,
তারবদি কোকিলগী খোজেনজগা,
নিংথিজগবনো কয়াগী মতিক !
ইমিত্তা উরখিদ্রা দৃশ্যহ্ অমুক !

কোকিল লৈতবনা মৈতৈ লৈকোল্দা,
কেনপ্রে হৈনৌ ময়োল অরেম্বদা !
তমাল মশা কংশিল্লকলে অরেম্বদা !
ময়াং কাকনা চাপ্রে উহৈ অরেম্বদা।

মৈতৈ লৈকোলগী হৈনৌময়োল,
খোম্থাং হেনগদবনি চুপলবদি কোকিলা,
'থাঙৈদা' 'থাঙৈদা' খোংলে কাকনা চুগুনা ;
তাহৈদ্রে খোংবসি 'পাহাড়ী' 'পাহাড়ী'।

কোকিলগী খোজেন তাদ্রিমখৈ,
কোকিলগী মশক উদ্রিমখৈ,
মেনশিল্লগে লাকোংসি লৈখোমনা ;
তূশিল্লগে মিংসি য়েক্তুম্না।

কোকিলনা উহৈ উমলগা খৌবোম থম্লা,
খোংলকই 'কুহু' 'কুহু' পুকনিং হুনা ;
কাকনা মপুক থল্লগা অমুনবা উহৈনা,
হুন্দোকলমই অমাংবা মৈতৈ লৈকোল্দা।

খোংলরো কোকিল নিঙ্গলন্দুনা চীংসুংসি,
শেম্লরো নিকুঞ্জবন তন্পাকসি।
চেল্লরো ঈচেল কংপ্রবী চন্দ্রনদীবু।
কৌশিল্লো উমংসিদা বীনা পাশিবু।

তাগদবগী নংগী সুংশিবা খোল্লেল,
পোথারি লম্মথাংদা নম্বুল তুরেল ;
ভাইরি চন্দ্রনদী লেপ্তুনা ঈচেল,
পাইরকপ্রা য়েংলি হৈনৌপাম্বী চীংথক্তা।

অপিকপা তুরেল অপিকপা পাংকী ঈশিংনা,
নংগী খৌরাংবা কোকলোই খল্লুনা,
কাইদোংফম রাংদে-পুকচেল নেমই নিংল্লনা,
পাইরক্তবরনে কোকিল হৌজিক কাওনা?

অমদি চীংনা কোঈশিনবা লৈবাকনি,
লাংদা থুরবদি অমুক্তংবু করিগুম্বদা,
পাইথোকপা ভগলোই অমুকহল্লা,
পাইরক্তবরনে কোকিল রাখলসি তৌহুনা?

কিগনু কিগনু কোকিল পাইরকউ,
লাং নত্তে—লাম্বম্মি প্রকৃতিনা পীবা,
শম্বম্মি মৈতৈ লৈকোল অসিগী,
কোঈশিল্লিবসি চীংলোল মাপল্লা।

হে অচিকপা পাম্বা কোকিল!
সিলথোংবা তাহুনা মৈতৈ লৈকোল্দা,

পাইরক্তুবরনে হৌজিক কাওবা ?
অমুক্তদি খোংলখো নখৌ পোংনা ।

ঋতুরাজ বসন্ত কৌবা মতমসে,
নংগী চীরসহচরনি হাঙ্গৈনা তাই ;
য়েংউ বসন্ত য়ৌরকলে মৈতৈ লৈকোল
পাইরকপা মতম য়ৌরকলে কোকিল ।

---

## কনাগুম্বা স্বদেশ ভক্ত অমদা

নোংজুথাগী অহিংদা নোংনা ষাবা চন্দ্রবদা,
ছুই হৌদোং ফাওবা মপাল থোকনখিদ্রবদা,
মুংলি মুংলিবা অন্দনগুমনা
অমম্বা লোকনুংদগী পাইথোরক্তুনা,
লম্বী লম্মুকনরবা ভারতকী লম্বী চৎপশিংবু,
খুদোম্বী থিন্দুনা লম্বী তাকখি মুপা অমনা ।

থাংবা কনবগী হি অমতং তোংজতুনা,
কলমগী মশক ওইবা নৌ অমতং পাঙ্গৈতুনা,
কনানম্ভু মতেং পাংবিদনা,
চেংজেল করিস্ত য়াওদনা,
ঈথিল-ঈহৈ কল্লবা ভারতকী অচৌবা ভুরেন্দা,
হি হোনগংপ্রি হঙ্গংনা অঙম্বা লোকচপ্‌ তমনা ।

নিংথমথাদা উন্না প্রং প্রং তাপ্রবদা
নুংশিংনা ময়া পান্দুনা চিক্কে তাল্লবদা,
নিংথম চাউবা ভারতবাসীনা
থাংনখি "ত্রাহি" "ত্রাহি" হাঙ্গৈনা ;

ফেৎাং ফেৎাং শাবা ফৈঙ্গুপকী মরুমদা লোত্তুনা,
হকচাং কায়াৎ অপূম্বা থমখি থুপচিন্দুনা।

লুমলবা কৈজুপকী মুংশিবা থাদোক্তুনা
খৌনা ফবা লৈবাকমচা অসিনা
অইংবা তুরেন্দা চোংথখি;
মরৈবাকপু মুংশিবা উংখি।
অপংবনি খন্দুনা হী হী নোকখি ভারতবাসীনা।
মিৎচিনবু হুন্না য়েংখিদে অথোবসিন।

য়েংউ লৈবাকমচাশা! হিহোন্নবা মুপা'সে
হোল্লুরে মরুভূমি কয়াগী মথক্তা,
মায়া মরীচিকাগা থেংনদুনা;
থেংলুরে অঙম্বা লৈরাই কয়াদা.
ঈরাকনরুরে অরুবা হিদেন কয়ামুক্তা,
নল্লুরে চীং নাপোম কয়া নিঙ্খাঈদুনা।

হিমালয়দগী চেম্থকপ ব্রহ্মপুত্র তুরেন্না,
চীং কয়া মরুভূমি কয়া তরাইনা লাম্থোক্তুনা,
বঙ্গ সমুদ্রদা তাবগুম,
মহাত্মা অমগী কনাগুম্বা,
থম্মোইলকানুংদগী চেম্থকপা স্বদেশ প্রেমগী ঈচেল,
য়ৈথাই থিনগাঈ চামা লান্দুনা তিনখি স্বদেশ সমুদ্রদা।

থৌরবা তাগী মতোম্না তুরেনগী ঈচেন্দা থিনবগুম,
অপংবা কাংবুগী খারবা মিৎয়েং, নোকনবা রাহৈদা,
স্বদেশ প্রেমগী ঈচেন্দা,
মশক হোংদে করিগুম্বদা!
কংহনবা ঙমদে ঈচেন্দু মায়াগী মরুভূমিনা;
ময়েং তাদে থক্তুনম্ম লমলক্কী শা শঙ্গুনা।

খোইহী চেন্দে ঐগী লৈতোন্দা চিরোল তৌনবা,
প্রতিভা লৈতে ইশাদা প্রতিভাবু থাগৎনবা,
ইনাক খুন্দে ঐগী ইরোল,
ইনাক খুনববু থাগৎনবা;
লম্বীচিংবা অথোবা হিহোনবা মুপাসিতবু,
"নংতনি মুপা" হাঙ্গবা থোকই থারবা লৈসিনা।

---

## থাইনগী মৈতৈ সাহিত্য।

কদাইদা লৈব্রে ইমা!
কেতকীগুমনা লৈনম চাউরম্বী!
নংগী পোমশাৎনবা মতমদা,
ঙাওখৎলকপা নচাশিংনা,
শারম্বা মনিংমখা তৌনা।
কদাইদা লৈব্রে ইমা!

খেংলবা অহিংদ খোংলকপা,
বাঁশিগী মুংশিরবা খোঞ্জেনগুমনা;
'ইমা লাকলে' হাঙ্গনা কৌবদা,
চেনশিল্লকপদো নখোং থম্বাল তমনা,
পুকচেল অমতা ওইনা তিন্নুনা
'অমৃত থকলগে' হাঙ্গদুনা।

মোইবুং খোঞ্জেল তাবদা,
সঙ্কীর্তনগীদমক চরৈফি শেমনবা,
অদুগুম্বা নচাশিংবু রারকপা রাহৈ,
পুকনিং থৌগৎপা খোঞ্জেন,
কদাইদা লৈব্রে ইমা!
অমুক্তা রারকপিখো নচাশিংবু।

মোইরাংপর্ব্বগী মতৌগুম্না,
নিংথিজবা শন্দাই হুন্দোক্তুনা,
তূমলিবরা শেগাইরবা লুপাক মমুংদা ?
কাং হয়িংনা চিক্তুনা,
তূমশিবা কয়া কুইনা ?
কদাইদা লৈত্রে ইমা !

কদিকরানা কুপ্তুনা,
উতোং মমুংদা থুপ্তুনা,
লোংথিগদগে চহি কুমজা কয়া ?
কাউগগে কয়মনা পুকনিংগী অবাবা ?
কদাইদা লৈত্রে ইমা !
অমুক্তা কোনশিনবিরখো নচাশিংবু ।

ইমা নংগী লাইশংদি নিঙ্খাঙ্গৈরকলে,
শজিবুগী সুংশিংনা হুমদোকখরে,
তিংথৌ-তিঙ্গোইনা কুপখরে,
কৌজেং-হায়ৌনা শান্নখরে,
নোংজুথাগী নোংনা থুমখরে,
কদাইদা লৈত্রে ইমা !

ইমা নংগী নপান্দগী,
ইরোন্দি খরা খরা থোকচহোরে ;
নংগী চেংলৌ শকফমদি উজহোত্রে ।
তেংথানবা রাহৈস্থু তঙ্কোত্রে ।
কদাইদা চৎত্রে ইমা !
অমুক্তদি কোনশিনবিরখো ইমা ।

পাংত্রবা নচাশিংনি খন্দুনা,
তুংগী আশা পুমনমক থাদোক্তুনা,

চীংলোল মাপন্না কোঈশিন্দুনা,
য়োংকী পোয়োল লোল্লমত্রা ?
কদাইদা চৎগ্রে ইমা !
অমুক্তদি কোনশিনবিরখো নচাশিংবু।

নংগী অশাউবা খোঞ্জেল তাবদা,
সমক্রগী ঈরাউখোল নেমখিবা,
হাওনা চীংদা চেনখিবা,
মীরৈবাকী লাইথুং চংশুমদবা,
অহুগুম্বা অকিবা খোঞ্জেমা
অমুক্তদি রারকপিখো নচাশিংবু।

নংগী মিরবা খোঞ্জেল তাবদা,
কোকিলনা মণিপুর থাদোকখিবা,
অহুগুম্বা মুংশিবা খোঞ্জেমা,
অমুক্তদি থেমজিনবিখো নচাশিংবু।
কদাইদা চৎগ্রে ইমা !
কাউথ্রবরনে নচাশিং লৈহৌরি হাঈবা ?

নংগী অমৃত চেনবা রাহৈনা খিক্তুনা,
পাম্বীদা মহৈময়োং চুন্নবা,
লৈপান্দা লৈ মকারামনা শাৎহনবা,
অহুগুম্বা থুমলবা রাহৈনা,
অমুক্তদি থেমজিনবিখো নচাশিংবু
কদাইদা লৈগ্রে ইমা !

নংগী পুকনিং কাজিনবা রাহৈ তাবদা,
ঈচেল পিকলবা নম্বুল তুরেম্না,
অথাপ্পা সমক্রুত্তমনা চৎনিংদহনা,

লোক্তাক্তা আত্মা সমর্পণ তৌখিবা,
অহুগুম্বা পুকনিং ফাজিনবা রাহৈনা
থেমজিনবিখো নচাশিংবু।

---

## হৌজিক্কী মৈতৈ সাহিত্য।

শাংলরে তামিল, শাংলরে তেলেগু,
ভারতকী লৈকোনম্নুং অসিদা,
অথায়া সমক্র মপান্দগী লাক্তুনা।
অরাংবা উনগী মপৈ লান্দুনা,
থুংখরে নেপালী ভারতকী লৈকোন্দা
পোমথরে গুরাংতগী খাসি ভারতকী কাচিন্দগী।

করিনো ইমা মাইথোং লাংশিনবা নমান্নবা মরক্তা ?
করিগী য়েন্নিং হুন্দে অনৌবা মনা ?
করিগী পোমদে অনৌবা লৈরাং ?
করিগী নশানরেং ফন্ত্রিবা ?
মতিক ওকপা ঈশিং চাইদবনা,
কংবনা ফরে খল্লবরা পুকনিংদা ?

খংলে ইমা নংমগাইরে লাইরবা লৈরাং,
ভারতকী লৈকোনম্নুংসিদা !
য়েংউ ইমা অপংবা নচাশিংনা,
ঈশিং চাইদক্লনা নংগী নথোংদা,
লাকনরি পুগ্রী তৌবা মরুভূমিদা !
তান্নরি ফাগদগী মায়া মরিচীকা ! !

---

## মাতৃ তর্পণ। *

অথাপ্পা মীরৈবাক্তা লৈহুনা
ব্রহ্মাপুত্রগী তোর্ব্বান্দা লেপ্তুনা,
পোকনফম লমদমদা মাই ওন্দুনা,
চেং থোক্তদিং কংচরি ইমাগী খুয়াদা।

লৌবিয়ু ইমা খুংথেংননা,
মিংকী পি মরীক মরীক্তা লোইজনা,
ঈশিং খুজোক থন্না শোক্তুনা,
কংচরি ইমাগী খুয়া থম্বান্দা।

সনা লুপা কয়া কংচনিংই,
লৈত-লাইরা কয়াবু পিজনিংই,
মন্বী কয়া দান তৌজনিংই,
করি অমতা ওমজদ্রেকো লৈজদবনা।

ইমাগী নিংশিংনবগীদমক্তা,
মুংশিরবা মোংকম মথক্তা,
ওমজদরে স্মৃতি মন্দির শাগৎচবা;
ওমজদরে স্মৃতি সভা লিংখৎচবা।

মিংকী পিনা কংত্রিমথৈ,
কাউজররোই খুয়া থম্বান্দো;
লাৎচগনি নংগী প্রতিমাদো,
থম্মোইগী স্মৃতি মন্দির মথুথনা।

---

* ইং শোক ১৯২৬ কী জাগরণ পত্রিকাদা কোংদোকখিবা

অরেপ্পা নাইদনা চেল্লিবা,
হে ব্রহ্মপুত্র পৃকচেল তপলবা,
কৎচল্লিবা হৈ লৈসি নংগী গর্ভদা,
শিম্নবিরম্মুকো ইমাগী খুরাদা।

ইখুৎনা খিজবা ফংজবা,
লৈকোন্দগী লৈ-সূ খরদং হেকচন্থনা,
কৎচল্লি ইমাগী খুয়া খম্বান্দা,
লৌবিন্নুকো ইমা খুৎথেংননা।

তোর্ব্বান য়াংময়োমদা লৈত্থনা,
মশেন মরাংনা উল্লিবা
লৈচিন নোংফাই মরক্তগী,
খুৎ তিংথোকলকললবরনে ইমা!

খাপ্পনা উল্লিবা চীংয়া তময়াসিদগী,
উরে মশেনমরাং ইমাগী মূর্ত্তিশুম,
তেংথাবশুম তারে 'ইম লৈল্লি' হাইনা,
খৎ তিংথোকলকলমাল্লে লৈ-স্থ লৌগে হাইনা।

পাক চাউরবা ঈপাকথক অসি,
লানবা শুমলরোই খন্দ্রনা
খৌরাংবা মিৎযেংনা য়েংত্থনা,
ক্রৗং ক্রৗং চোংত্থন লৈরবরনে ইমা!

শাইরমখো শাইরমখো ইমা,
লাল্লকলগনু অসোমদা অমুকহন্ন',
অথাপ্লদগী পাইথকলিব হি অসি,
শাইরগা মতম খরদং লানজরকে খুরা তমনা।

মী চিকলবা লমদমগ'ত্থদা,
দ্বীপ মচা অমতং থিত্থনা,

শান্তি মন্দির অমতং লিংখত্তুনা,
লাই নিংমিন্নসিকো ইমা ইচা।

হে ব্রহ্মপুত্র নংগী ঈপাকথক্তা,
স্মৃতিচিহ্ন ওইন য়েক্তুনা,
লৈহৌরসন্ন মতম কুইনা,
ঐগী মিত্তগী শিন্থরকপা পি'সিনা।

মীগী স্মৃতিমন্দির কয়া কয়া,
নংনা থুদেকই তরাই তরাই,
মুথৎপিন্নকো ঐগী স্মৃতি চিহ্নসি,
কংদ্রিমৈথ নংগী ঈচেম্মা।

স্মৃতিসভা কয়া লিংখত্তুনা,
স্মৃতিগীত শকনৈ অয়াম্বনা,
ঐগী লকান্নুংগী ফোংদোক্তবা স্মৃতিসি,
কনাবুম্ব খংহন্দনা, তিনথ্রো নংগী জীবন সঙ্গীত্তা।

লৈবাক কয়া লাম্থোক্তুনা
চীংনাপোম কয়া থুগাইহুনা,
চেম্থখরো সমত্রুতমন ;
অত্যাদা তিনহনথ্রো নংগী ইশৈ।

অতংপা লৈতনা শিন্থরিবা পি'সিগা,
অতংপা লৈতনা চেম্থরিবা নংগী ঈচেলগা,
ঈচেল অনি তিম্নতুনা,
সঙ্গমস্থল অমা শেম্বয়ু ;
স্মৃতিসঙ্গম ' থোনজগে মাহুগী মমিং।

পলেমগা খাইনরবা,
তীর্থ যাত্রিকনা কনাগুম্বা,

লুপকসনু মফম অতুদা :
অরাবা খরদং কোকচগে মতম'তুদা।

নংগী ঈচেলগী মশক ওইবা তারবদা,
পিগী মশক ওইবা মেচরাপনা থেংবদ',
থোরকসনু 'ইমা' 'ইমা' হাঈনা;
অত্যাদা পাইখৎসনু খোপ্লেন্দু।

কনানসু খংদবা পুকনিংগী স্মৃতি,
কনানসু যোঁদবা লমদমতুদি,
তিনসনু কনানসু খংদনা.
'মাংদবা' ওইসনু মতম লৈবা খিবিক্তা।

---

## কাঞ্চীপুরগী লৈমহোবা মথাক। *

(থাইনগী কোনুংনা হেংখিবা অমসুং হৌজিকী অনৌবা কোনুং শেমদ্রিঙৈগী মরক্তা অবস্থা।)

চীংনা কোঈনা ফিরুক থুমলিবা,
হাওনা কোঈনা পলঙাকলিবা,
ঋতু তরুকনসু লৈতেংলিবা,
মালেম পৃথিগী লৈকোলগুম্বা,
মণিপুর সনা লৈবাক্তা লৈময়োন্দা;
থমচেংকুম থম্বালগী মনুংদ.
শালগ্রামগুম লৈপরেং মনুংদা,
ভাল্লোইরি থাইনগী কাঞ্চীপুর।

---

* The name 'কাঞ্চীপুর' was recently introduced but it sounds so sweet that I wish it to have been from the ancient.

লৈময়োলসিগী নিংথিজবা মিংচত্তি,
মতমগী কল্লবা ঈচেল ঈবৈনা,
অহিং লুংথিল নাইদনা পুথোকখিহ্ননা
লুপখিগদৌরে অমম্ব। ঈপাকথক্তা !
লুংশিরবা লৈগী লৈনমনা,
লুংশিংকী মকোঙ্গদা তিনবগুম ;
চীংলুংদা খোংবা তামনাগী খোঞ্জেম্ব,
পাকলবা অতিয়াদা মাংখিবগুম ;
মনম লুংশিরবা কালিন্দীগী ঈশিংনা,
য়াকলবা থুমহীদা তিনখিবগুম,
নিংথিজবা মিংচৎ কাঞ্চীপুরগী,
কাউশিল্লকলে নোংম-নোংমগী।
অমদি কাঞ্চীপুর লাইরেম্বীগী,
মরাইবকথীবা মরমদগী,
মবুংঙোম্বু মাই লৈথোকপিখরে ;
পাউতম্বীন'স্ত লৈরকত্তরে।
অমদি অরা-পোথানবা য়াবা,
মচাস্তু য়াওত্রে তৌবিমল খংবা ;
ঈরাকনরে চিন্তাগী ঈপাকথক্তা,
'হা ওইজরে নুং অনিগী মরক্তা,।
মচাকাপ্রবী শক্তী অমোমন',
মৈচাক খাং'গুম চেনচোংহ্ননা,
উনাথক্তা তা'গুম অহিং লিকলান',
অরাবা পি শিস্থুরি ওম্না থোইনা।
শঙ্কুদগী চিথহৌরবী তেনরাগুম,
মীচিক-মীরাওথোল তাখিত্রব!,
উমং-রামং-রাথোংনাক্ত ফম্বহ্ননা,
অরাবা-ইশৈ শকচরি মথমক্তা।
থৈবোং লৈনৌনচিংবা হৈপাল,

লৈহাউ, শিংঘারৈনচিংবা লৈপাল,
মশাগা মশাগা লোনশিন্নদুনা,
অম্বাবা কোংদোকলি তুমিন তুমিন্না।
উরীরৈ, কুন্দরৈ, বাসন্তীনচিংবা,
উরীগী কাংলুপনা মরী চৎপা,
থাদোক্তুনা, তুংনফম হৈপাল লৈপাল,
ওম্থোইরি, তৈদুনা উখুল রাইফুল।
লংখুনু, লাংমৈনচিংবা উচেক,
তেংথারি কাঞ্চীপুরগীদমক,
মনাপুংব উশা খুদিংদা তোংদুনা,
তৌবিমল খংবা চেকলাগী কাংলুপনা।
হৌজিক ফাওবা কালিদমনগী
পিকলবা ঈশিং ঈচেল অদুনা,
চীংগী চীংখোংদো শাথেংদুনা,
চামথোকলি খুয়াথম্বাল কাঞ্চীগী।
কাঞ্চীগী হৈকোল লৈকোন্দা হৌবা,
হৈ-লৈ পাম্বীগী মরূপ খিবিকনা,
নিংথিজবা মহৈমরোং লৈ-শু কত্তুনা,
পুকনিং ফাজিল্লি কাঞ্চী লাইরেম্বীবু।
মতা কাঞ্চীগীদমক রাবনা,
শ্রীরাসমণ্ডল পুরী অসে
লৈতেংথরে অমোৎপা ফিজংনা
লু-হেন্দরে মহৌশাগুমনা।
অদুম ওইনমক চাকতাররি,
শানুথঙোংনচিংবা চেকলানা,
স্নমিদাংরাই য়োরে হাঙদুনা,
পুকনিংগী অরেপ্পা কাঙদনা।

---

## চিরবিদায়। *

শরৎকী অহিংদা থাবল করবী,
নূরা অমনা কনাগুম্বী.
মপাল থোকলকলে ইমুংদগী,
অকলা'মা পাঙ্গৈহুনা তেনবাগী।
অহিংতাংলৌ থেংজিনকলে,
মৌচিক-মীরাওথোল তাশিন্নক্লে ;
নোংচুপ অত্যাদা ইংলবা থাবল,
লৈতেংলকলে চৌংগী চৌংদোল।
উরিবা চৌংশাংদো অরাপ্পদা,
লৈচিম্না পানা কুপখিবদা,
তূম্বগুম নিংথিরে চৌংলাইনা,
অপাবা ফিঙৌনা কুপ্তুনা।
পাত্তা শাংপা থরো কয়ান',
মলয়া মুংশিংকা থেংনহুনা,
অত্যাগী থরাম্মিচাকপু য়েংহুনা,
নোকফেং তৌরি করেমনগুমনা।
অত্যাদা থোকপা নাপল চাউরবা,
থরাম্মিচাকনা ওয়াংতশোইবা,
মতিল শিংথরি থরোক্তমনা,
পুকনিংদা উশিত্তবগা লোঙ্গৈননা।
থরো খিবিকনা শাউরকলে,
পাংয়াইদা হাইহুমলকলে ;
ঈথক হৌরকলে পাংকী ঈশিংনা,
খামজিনবা লাকনরি চাংজৌনা।
থরোগী মায়থীবা উবদা,

---

*ইং শোক ১৯২৬ কী জাগরণ পত্রিকাদা ফোংদোকখিবা।

লৈথপ্রে অঙানবা চীংমরুমদা ;
থম্বাম্নিচাক মাইথোং লাংশিনপ্রে,
চন্দ্রমুখীনা কলঙ্ক পেনজরে।
প্রকৃতি কৌবী লাইরেম্বীনা,
কুম্মৈ য়েংবা মুঙাইরদুনা,
মালেমথক্কা শেতারগুম্বা,
তুরেল তিংদুনা তারগুম্বা,
তপলবা মলম্বাগী থংথংনা,
থোংগংলকলে পুকনিং হুনা।
চিকলব অহিংদা অসিগুমনা,
প্রকৃতিনা থোর'কুম মূর্ত্তি ওইনা,
নূরা অসে ইংনা থোকলকলে,
হৈনৌ মখোং অমদা চংশিনপ্রে।
তপনা থাঙ্গৎলদুনা অকলাদু,
কোনশিন্নে খম্মোইদা তেনরাদু,
মিংতগী পি তরং তরং শিম্বদুনা,
হাঙ্গৈরকই তেনরাবু য়েংদুনা, –
" থাইনরসিকো পাম্মবী,
পাইপ্পকো ইতাশকপী,
ওসি অহিংদগী হৌদুনা
অপাম্বা উমং য়েংহনা।
থাদোকলমলো মুংশি লমদম,
শারুরো মুঙাইনা নহুম ;
পূকনিংচাবা উশাথরা,
তোংলুরো চান্নবী ইতা।
থোংলুরোনে নংখৌপোংনা,
নংগা ঐগা জাৎ তিম্নদবনা
মুংশিজদুনসু ঐনা ফনা,
নপুকনিং থংলোইকো চেকলা।
নংনা ঐগী পুকনিং হুথিবনা,

ঐগী ইথৌদা থৌশারুদদুনা,
নংবু নরোল খোক্তবা চেকলা,
ইকোই কোইগ্রে য়েক্কনবগা ।
চেকলা মাংগবরা নথরাই,
চিংনবেনে ঐগী থদ্মোই,
নথরাই হিংনবা উপায় থিগ্রো ;
সুংশি লমদম থাদোকলমলো,
হয়েংমুকী মপোক অহুদা,
চেকলা ওইনা পোকমিন্নহনা,
তোংমিন্নসিকো উশা অমতদা,
চাকতামিন্নসিকো পাং অমতদা,
মীওইবগী মপোক অসিদদি,
পোকহৈদ্রে অতোনবা জাংতি !
সমাজদগী তান্থোরকনি,
হাঙ্গিহনা 'অমাংবা জাংনি' ।
বিচার লৈতবা জাতিগী,
মপোক্তা পোক্‌না লৈরাংগী,
শাংমিন্নসি লৈথোক অমতদা,
কাউনহুসি চান্নবী ইতা ।
হন্দকী মপোকসিগীদমক,
মতমকুইনা কাউদনবা,
লৌরেকো নংগী ফোটোসি ;
থাদোকলমলো সুংশি লমদম ।
নিংহোলকাগী লুখুমদা য়ান্দুনা,
সুমিংথদিংঙ্গী মিংকী শিনা,
নংগী ফোটোসি চামথোক্কেকো ;
ইতাশকপী হৌজিক্তি পাইগ্রোকো ।
পাইথরোনে অপাম্বা উমংদা,
চাকতারুমো হৈকোল লৈকোন্দা ।
নংগী ঐগী পুমশিগী শারবা,

য়াখৈরসি মিংকী পিনা"।
অসি হাঈনা পি তৈথোক্নুনা,
মথোংদগী য়োংছিলং থাদোকলে;
—পাইদ্রে চেকলাসে,—লেংবান্দা তোংলরে।
অরাব খোঞ্জেল্লা খোংলরে।
খোঞ্জেল্দু তাবদা অরাবা,
পি শিস্থদ্রে উরীরারী ফাওবা!
অরাম্লদা লৈবা চীংশাং পরেংনা,
মুংশামপী হোল্লকলে ফুইনা ফুইনা!
পুকনিংগী অরাবা ফোংদোক্নুনা,
প্রতিধ্বনি তৌরকলে অভ্যানা।
মুজাবু য়েংহুনা চেকলাহুনা,
হাঈরকই অরাব খোঞ্জেল্লা -
"কুটিল ওইরবা সমাজদো,
লৈখা তাবনি উরাগুমন;
পুকচেল চাউরবা জাতিদে,
চাওখৎপনি উপালগুমনা।
মীওইবা! বিজ্ঞানগী পাম্বৈনা,
প্রেমরাজ্যগী ফোটো নমহুনা
ওমথৈ লেপকে থোরাংলিবোই।
অরেম্বনি কান্নরোই কান্নরোই।
অঙকপা পাম্বৈগী বিজ্ঞানগী;
নুংওনব্রবোই নংগী থম্মোই!
শেগাঈপ্রবদা ফোটোনা,
স্মৃতি ওাকনি কয়মতোনা?
মিংতাংলকলবদা মীওইবনা,
ফোটো য়েংগদগে করমনা?
মুংশিবা খৌজ্বদা পুকনিংনা,
করি কায়ৈ ফোটো চামা থেজুনা?
অমরোমদা হাঈরুরগা,—

মীগী পুকনিং ঈচেল হোংলকপা,
চেংলৌ শকফম হোংলকপা,
গুম্বরনে ফোটোনা মতুংইনবা ?
ঐখোইদি জাৎনি তোল্লবা,
লৈজদে যন্ত্র, লৌশিংনা শাবা ;
মনুংদা থম্মোইগী উফম,
মমি তাগ্রে নংগী শকফম।
মীওইবগী মরক্তা হৈ-শিংলবা,
লৈবরা ফোটোগ্রাফর অসিগুম্বা,—
মাংহন্দুনা ঐগী অস্তিত্বসি,
ফোটো ওলহনবা গুম্বা ইশা'সি ?
মাতু লৈরবদি, ঐগী হকচাংসি,
ওলহনবিরো ফোটোগী মশক ;
নংগী লৃথুমগী ফকলাংদা য়ান্দুনা,
অহিং শুংথিল মিৎকুপ্পনা,
লৈজগে নংগী নশক য়েংদুনা,
থাংলগে অরাম খোরাং চপমান্নবা।
অথাবা মিৎয়েং য়েকনবগী,
অশাউবা রাহৈ কল্লকপগী,
থাংজরগে লকাগুংদা ভুমিন্না !
মথরাই পান্দবা উকংগুমনা !
নত্রগা পুরকউ অসিগুম্বা গ্রাফর,
মাগী মপাল নাইদবা ফোটো মনুংদা,
নিংথৌ, প্রজা, চাকনিবা, ইনাকথুনবা,
চপমান্নব্রে মতিক মগুণ।
নত্রগা থাদোকপিয়ু অসিগুম্বা উমংদা,
চাদথক্তবগী অরামখোরাং লৈতবা,
কল্লকপা য়েংথীবা লৈনল্লবা,
অমাংবা অশেংবা চপমান্নবা।
অতু গুমত্রবদি মীওইবা !

হন্দোকপ্রো নখুৎকী' ফোটোক্ক,
কদৌঙৈদস্থ পাইথোকলরোই,
সংগী থম্মোই অকলাদগী।

---

## অতীতের স্মৃতি

চাওথংলবা সহর কয়া কয়া,
কোম্নুং, নিংথৌরেল কয়াগী,
থুগাঈদুনা মতমগী ঈচেম্মা,
লুপশ্রে অমম্বা সমত্রু মমুংদা ?
ফুরা-দালাল-হৈকোল, লৈকোল,
লৈ-শু-উরী-রারী কয়া কয়া,
অমম্বনা কুপ্পুনা থম্বশুম ;
অমদি চাউরবা চাংমান কয়া,
হীরা মণিমুক্ত' মপৈ মপৈ,
লুপ্পুনা লৈ'শুম সমত্রুগী গর্ভদা,
হৌখ্রবা মতমগী মিংচং কয়া,
লুপ্পুনা লৈপ্রে অকাউবগী গর্ভদা !
মমশ্রবা অহিংগী মতমদা,
মুংলি মুংলি পাইশুমনা তন্দমা,
অমদি অথাপ্পদগী খোংলকপা,
বাঁশীগী মিরবা খোঙ্গেলশুম ;
খেংপ্রবা অহিংদা, অথাপ্পা চীংদা,
মুংলি মুংলি চাকপা লৈম্মেশুম,
হৌখ্রবা স্মৃতি কয়া পুকনিং অত্যাদা,
পাইরিনে মশেন মরাংনা !
থাংপ্রবা চীংগী চীংদোম্দগী,

য়েংথ্রকপা দৃশ্যনা পূকনিং হুংশুম,
মতমগী অরাংবা চাংদোন্দা লেপ্তুনা,
য়েংথ্রকপা, হৌখ্রবগী দৃশ্যাবলী,
মধুর ওইখ্রেদা ওন্থোকনম্ব।
পি নাম্বখিবা খংহৌদে মিংলুদগী
শান্নখিবা কয়া অঙাং ওইরিবৈগী,
রারী কয়া শিগ্রবা শাগৈনাতৈগী,
লৈরাং কয়া চিন্নদনা কেমগ্রব,
পাইরি মশেনমরাং অকাউবগী গর্ভদা।
তাবা ফংলরোইদবা রাহৈ অমুক হন্না,
উবা ফংলোইদনা দৃশ্য অনিরক শুনা,
থম্মোই কাঙ্গিগদোই নিংশিংবদা!
পল্লেমগী রাহৈ খাইনরমদাইগী,
শিরমদাইগী দৃশ্য কনাগুম্বগী,
কাঙ্গিখিগদৌই থম্মোইসি খল্লবদা।
অহৌবা-নুংঙাইবা, অরোইবা-অন্নবা,
খংলে শান্নপ্রমাল্লে চান্নবা মরূপ।
নোংমা নত্রগা নোংমদি শোইদনা,
চোংথগদমক লৈরে অকাউবগী গর্ভদা
হৌগ্রবা অকাউবগী সমত্রু ময়াঙ্গদা,
মিংচৎকী দ্বীপ শারম্মিবা মুপাশ,
য়াইফৈদকো ওন্থোকনম্ব!
ঈরাকনরবদা থুপচগে নংগী দীপ্তা।

---

# থাইনগী লৈরাং

লাইরিক অসি পাবদা থুদোংচানবগীদমক মথাদা ইরিবা মৈতৈ ঈশৈ খরা অসি নিংথিনা অমস্তুং মুন্না পাবিগদবা ওই।

(১)

খোইরেন্তাকী লময়াইদা পাম্বকৈনা নোংবানবু লোন্নবদা নোংবানগী তালোঙ্গ মণ্ডানা অমুদোন থম্বদা নোংবানগী লমন থুমনবা লাকপনি হায়রবদা খম্বনা থুমখি।

ইচন তালোঙ্গ মণ্ডামক,
ইচন তালোঙ্গ মণ্ডামককোয়া।
ইতাওবু শোকপা কৈ'ছুদি
খোইরেন্তাকী লময়াইদা
ময়া কবাক খন্দুনা
মমৈবু ফিরান শাত্নুনা
কৈবুং য়োৌহোৌরে।

(২)

লাই হরাওবদা জগোইগী তাঙ্গা, পেনা সুররনা য়ান্না মুণ্ডাই-রল্লবদা জগোই শারিবী ইচনশিংনা পুক্লিংদা মুণ্ডাইরিবা অহু য়াহৈনা কোংদোক্লিংলবা মতমদা :—

পেনা খোংবা তাদখোই
পেনাবু খোংবা তাদও
নচন্না জগোই শাজবা
জগোই খোংলৈ চানবা
হা খোংবীয়ু হা খোংবীয়ু। .... ...

(৩)

গম্ভিরনিরাজ মহারাজ অসি চীংদা হাওগীদা কুইনা য়োক-লুয়ে; মনিপুরদ নিংথৌ ওইরগমু কুইনা পানবা ঙমখিত্রে;

মচাগী মথুত্তা থরাই থারবদা মমা মহারাণীনা তেংথাখি :—

চীংদা শাংপা ইত্তেনলৈ :
চিরদননা কেনখিবা
কল্লকই। ... ..

(৪)

রামনা সীতা খিবদ
পাত্তা তাবা উরোকও
নবেস্মা সীত উবরা
হা উবর ? ........

(৫)

লাইরাম্বা তুরেল তৌবদা নোংঙৌবীদা—
নোংঙৌবী নোংঙৌবী শারিকথোং
তুরেল লৈনাসি। .... ....

(৬)

মিকোন থাগোনবদা—

হে থরাই মঙ্গামক মিগা থান তক্লকবক

... .... .... .... .... .... .... ... ... ... ....

থরাই ঐনা য়ানিংদে মিরেল ঐনা খোইদ্রাদে

... .. .... .... ... .... ... .... . .

(৭)

শাবি লাও লাও মাংদা থারো লাও
কল্লকপা য়াম্মি য়েকনবা য়াম্মি
মাংদ থারো লাও।

(৮)

অরাং চাওখোং হিদেন্দা
কাঙ্লাই কনাগী লৈয়েল্লো
তাওথরি।

(৯)

ময়াই লৈকাই থম্বাল শারে

খোইমু ইল্লে খোইরাবা।......... ... ।

(১০)

হা ইমা ইমাও

ঐস্ন ল কে ইমাও।

নোংচুই লাকনু

ছাতিন তুপত্ন মরাকে।

লম্বেন নাল্লি লাকনু

চৈশু শূদন মরাকে।

ঐনা হয়েং চাউরগা

চাউর য়াঙ্গোন ফারগা

শঞ্জেনথোংগী থোংয়াইদ

শামু থক্তা তোংবদ ........ ।

(১১)

মৈতান চাবি আওরে, কাহ্লাই থরম্রে। . .................

(১২)

হৈরাংথোইনিদ, চৌনম্বা হৈনিদা.... ........................ ।

(১৩)

শজ্রেম্বী থোরকলো

নহুম পোঞ্জেন শাবিগে

লাইথুবাক থুবিগে।

(১৪)

চেক্লা পাইশ্রবনা

...............................

...............................

চীংম্বং সনা লোক্তগী

............................... ।

(১৫)

হরিবোল য়াওশং মৈথারে। ................... ...........

(১৬)

থাইনগী লৈরাং অমনবা
মল্ল মল্ল লৈম্নংশি। ...............

(১৭)

শাবি লাও লাও
মাংদা থারো লাও ;

---

## মৈতৈ কবি

নারঙা শাংপা লৈরাংনা
নমবিনবা য়াওদনা
অরেম্বদা কেনবগুম ;
ইরাইদা লোংপা মণিনা
য়েংবিনবা লৈতনা
অরেম্বদা ঙানবগুম,
চীংনা কোইনা পনশাবা
হাওনা কোইনা পনঙাকপা
মণিপুর সনা লৈপাকনা,
অরেম্বদা ঙাল্লম্মি,
অরেম্বদা শাংলম্মি
থংবিনবা লৈতনা।
রাখল অসি থনবদা
অহিং মুংথিল অনিদা
অরাবন ফুম্বংনৈ।

গোমুখীগী নাপোমদা
ভাগীরথী গঙ্গানা
ঈচেল ফাংনা চেনবগুম
থম্মোই লকা সুংহুদা
শিহ্নরকপা লাইজনা
মিৎলুগী নাপোম থুমনরি।

নচাগী পাম্বোম চাউজিল্লে
পলেমগী সুংশিব খংজিল্লে
ইমাগী সেবা শুমলমজি

(পলেম শকপি ইমাও।)
ভোল্লবা নচা ঐথোইনা
থুজেং পালোইনহুনা
য়াকাইরোনবু থগগে।

লাঈরবা নচানা
প্রেমগী ধারা নগুনা
কৎচনিংগাই লৈজদে।

থম্মোইগী লকা সুংহুদা
ভক্তিগী আসন মথক্তা
লেংশিনবিয়ু পলেমও।

পুনসিগী মিৎকুপ থুদিংদা
থুরা থাবু কাউদবা
পিনবিয়ু ইমাও।

লাঈরবী ইরোম্মি
থংদবনা হায়বনি
মীতৈ কবি লাকখিনি।

ইমুংশোরা তৈরকলে,

চীথে ফিদুপ হুন্নকলে,
কার্ক লাম্বাও শীরিনি।

হুমিদাংগ্নীইগী কান্দুদা
তময়া কোরি চেনবদা
পুকনিংগী তোর্ব্বানথক্তুদা।

রাথলগী আসন থাতুনা
ঈথক ইরৈ খুদিংদা
পলেমগী ফজবা য়েংজহৌ।

থাবল্লা ইপোম হৌরবা
শংবানবা অহিংদা
ইমাগী নিংথিবা য়েংজহৌ।

পোম্বী য়েংই বাগেদো
চেক্লা য়েংই নোপেদো
কবিনা রাংপা হৌনদে।

বসন্তগী মতমদা
পৃথিনা ওাঙ্গানবদা
অয়াম্বা পোম্বী চেকলানা

কৈরাথক্তা কমহুনা
মপুগী কোলোই শকলিবা
কবিগী মিংকমনা য়েংজহৌ।

শরৎকী থাবন অক্লবা
কালেন লৈরাং ফজবা
কবিগী হরাও-নকথনি।

( পলেম নিংবা ইনাওশী। )
কোরবাক মাংদা থা
খোরজৈ খুৎতা পাজী
পলেমগী নিংথিবা খোংচৎহৌ।

মপুগী থৌজাল হুংলরা
অসিগুম্বা লমদমসে
করিগী পোক্কন-কমনিদো।
ইচিন ইনাও পুমনমক
লৌচিং অমত্তা ওইহ্নুনা
পালেমগী লমন থুমনবা,
লৌশ্রিংগী থাউরৈ থানসঙ্
ইমাগী সেবা তৌসন্‌
মীতৈ কবি লাকখিসি।

---

চাংগী লৈরাং অমদা

লৈরাং নংবু কনানো?
লোইবা চাংগী নাপোমদা
পামেল ক্যামলে মথক্তা
লৈকা কয়া নোকইবা!
শীত্তেল নমান্নবসু উদা,
লৈরাং শামান্নবস্ম য়াওরা,
লৈরাং কনাবু য়েংহ্নুনা
কৈরাথক্তা ডালিবা?
মেলৈ লৈয়া নুংজুম্পাল
কদাম্নবদি লৈনুংশি,
লৈরাং লৈচন থংদনা
মাংগদবা পাম্মুইদো।
থাইনগী লৈরাং অমনবা,

মল-ল মল-ল লৈনুংশি,
লৈরাংবিনবা লৈতবনা,
লৈম নিংথৌ য়োঙ্গে।

লৈরাং নংবু উবদা,
নংগী রাস্ত নিংশিংদা,
ঐগী রাস্ত খল্লুদা,
রাখলগী ইথক হৌরিবা;

নংগা মরুপ ওইবদা
ঐগী রাখল মরুপনা
মালংবগী তান্থা চানবা
লৈনা জগোই শারিবা;

শীজেল্‌ নংবু উবদা
লাইবকথিবা কবিনা
চাংজৌ নাইগ্রবা ঈপাক্তা
রাখলগী ইরৈদা লুপ্পিবা;

লৈরাং নংবু কনানো?
তোংন-তোঙ্গরবা তাইবংবু
নমলায়বা পামহুনা
অচিকপদা লোৎলিবা।

চিয়াইদবী মরুপলোই
পামেল কৈরাথক্কুদা
পংহুনা পুমহুনা মাংখিবা
ঐদি খনবা ওমজরোই।

সুংশিরবা মরুপলোই
ঐনা্‌ পোমশাংনবদি
উবিবস্থ পামজদে,
খাগংপস্থ মিহোদে!

মখোই তাইবংমীগুমনা
মপান্দা অক শাজরোই
নিংবগা তৌবগা মায়গে
পুকচেনশেংবা তমজগে।

কাগনি হায়বস্তু কল্লক্তে,
তাগনি হায়বস্তু রাক্লদে,
পুনসিগী পুংজা থুদিংদা
মপুং য়াথং ঙাকনি।

মপুগী খুভম অচীকপা
অপাম্বা নংগুম্বা কনানা
লাক্কুনা য়েংগে য়েংসমু
লৈরাং পুক্লিং পেনগনি।

---

## অবাবা ইশৈ ( অনুবাদ )।

সন্ধ্যার্ত্তীগী খোঞ্জেম্না,
সুংখিল কোয়োহনবস্থু
কাওরেন মম্বী যম্লাওস্থ
মমুম মাইপৈ পাংখরে.
থাপনা লৌরাং শুরম্বা.
য়াথল চাওবা ঐঙোন্দা,
লৈপাকলৈমা শিম্লরে
নিংখি'লমদম পুম্নসু
মলয়া হুংশিং নাম্নিবা,
অচিকপদা হায়ৌনা
অথাম্না লম্পাক'থক্তা
মাইগৈ পুম্বা নিম্লরে।
নোংচুপ চাংয়া থাংখরে।
মমৈ ফিরান শাহ্না,
শরিকী তানবু থাহ্না।
থুনগী ইপা-ইপম্না,
চংলক্লিবা অহিংদ',
অবাবা লম্বী য়াল্লক্রে।
অমম্বদা লোংখরে॥
লোইরোইনা শিংলক্লি।
হুংশিংকালোই শকলক্লি॥
ঊইনা শঙুপ শাইহ্না?

য়াউগী শঙ্ কয়ানা
( মাংগী মন্দির মতোন্দা,
চিক্লবা মপাম লমসিদ',
অহিং ভাকপা কৌত্রুনা,
মাংগী পান্মল উখাদা,
অচম্বা শক্তক'সুংহুদা.
অয়ুকী য়েখোং ভাবদা,
নাপী কমজাওয়ুংদগী,
কুস্না থামরেণ হৌত্রুনা
পারি মমোম কনাস্ত্র,
লৌরাং কৌদি কয়াদ .
য়োংলৈ মোংথাং শাক্তুনা,
য়োইবু য়াঙেন তাম্লবা,
অচম্বা মোংকমথকসিদা,
অচোবা মাগুব হন্দুনা,
লমইন পেন খোংদ্রগা,
বিধিন তুংওই ননা
লৌশিং থাউমৈ থালহৌদ্রে,
লাইজ ঈপাক দুং'তুদা,
শোংলবা নারক মত্যংদা,
উবিনবা য়াওদনা,
অরেম্বদা মাংখরে,
লৈবাক য়ায়েন ওক্ষবা,
পলেম পম্বৌ কয়ানা
খোঙ্গেল য়াংনা খোংলিবা।
অখুপপা কুঞ্জ মমুংদা )
ঈংলৌলাংতি ছায়বগী,
মকুশিংনা য়াকংলি॥
লৈজেংপাইগী অরক্কা,
খুজাগী ইপা ইপয়া তুম্লিবা।
নামিবা দুংশিং য়েবদা,
নৌনা য়াকাইনদ্রবা।
লৈমগী সেবা ভাইদ্রবা,
চুপপগী মিহৌ তাদ্রবা।
থাংজোল জগোই শাখিবা,
পামেল কয়া কুকথিবা।
শাবী শানৌ অপুম্বা।
অতৌবা কুরা উদ্রগা
মিংচং কালোই শকত্রগা,
করিগী মীনোক চংবুবা?
লনগী মপু ওইহৌদ্রে।
লৈতবনা পেম্নখরে
লোংতুনা লৈবা মশিঙ্গম,
লোয়া শাংপা লৈয়াংশুম,
থংবিনবা লৈতনা
মতম'ঈপাক্তা তিন্দুনা।
মীথকথোংবা য়াকবা,
চিকনা পোথানরিবা॥

## থম্বাল উবদা

শাৎচরো, লৈরাং শাৎচরো
ওসিদি লৈরাং শাৎচরো !
লাংজ ইপান ফরিবৈদা
লৈরাং শাৎচরো।

মুমিৎনা চাৎ য় থাংজ্রিবৈ
চাংয়া খেল্লোং লাংত্রবৈ
তময়া কোরি চেপ্তিবৈদা
লৈরাং শাৎচরো।

খোঙম্ লাব খাংজেংবা
লৈরাং লৈনম শংলবা
থম্বালগী লৈহি মাংগৌবনা
লৈরাং ওননা লাঙমু।

ওরুং ওরং ওংলদুনা
চারোল ৎৈবা কনানা
অচৌবদা নপপগুম
লৈশি লৈাং থাল-লমনু

মীনা মপাল ফরিবৈ
লৈগী লৈহীন রাজ্রিবৈ
খোইমুনা লৈদা নপ্পগুম
মরুপনা ফিনফম ওইগনি।

থম্বাল কোবী লৈন্নুংশি
ঐখোয়মু মখোইগুম্বনি
তাইবং ঈপাক থকসিদ'
কেমনবা শাৎপনি।

লৈরাং নংনা তৌবগুম্বা
মাইবং মীওইবশিংনা

পলেমগী গর্ভ মুংদুনা
নোংমা পোমদন লৈরম্মী।
লৈরাং নংনা ভৌবগুমনা
খোমলাং, অমৃত থকতুনা
তাইবং লাইজ ঈপাক্তা
লৈরাং নংগুমনা শাংচরি।

ভৌইগুম্বসুং লৈন্নংশি
কেন্নবা শাংপনি
শিন্নবা পোকপনি
ঐখোইসু নখোইগুম্বনি।

পুনসিগী অয়ুকনা লৈরিঙৈ
শুমিংনা ময়ুম চংল্লিঙৈ
লৈরাং নংগুমনা শাংপনি
নংনা ভৌবগুম নোকপনি।

অরাবগী মুংশিং কয়াসু
পোইমুগী খোগল কয়াসু
পুনসিগী ঈপাক থকসিদা
লৈরাং নংগুমনা নংলেদো।

পাঙ্গল য়েংঙি লৈরক্তঃ
অনিংবস্ত থুংলক্তা
হৈনিংবস্ত মাংখিদুনা
নোংমা নংগুমনা পংলনি।

শুমিংনা চীংয়া থাংবদা
পুনসিগী শুমিদাংরাইদুনা
লৈরাং নংনা ভৌবগুমনা
নোংমা নিংব। ক্বাঈরমি।

বিধি ব্রহ্মা নোংদম্বনা
অপাম্বা লাংবু থাক্তুনা
মৈরাম্বীনা তৌবগুমনা
ঙাইহাক পাইনবা শেম্বনি।

থম্বাল কৌবী নচাকনা
পুন্নাগী লৈতেং ওইহনা
কুম্বি কালেন শাংলবদি
নিংবগী মহৈ য়ানগনি।

তৌইগুম্বস্নুং লৈরাংও।
পুনশিনদি তেল্লিদো
তৌগদবা য়াম্বনা
লৈরাং নংগুমনা মাংলম্নি।

শাংচরো ঙসি শাংচরো,
লৈকা ফম্না ঙসি শাংচরো
লাইজ ঈপান ফরিবৈতদা
লৈরাং ঙসি শাংচরো।

---

# শিবা

ঙসি শিনি, পাউচেন্দে,
হয়েং শিনি পাউভাক্তে,
লৈরাং লৈখোক লোঙ্গয়গা হৈরাংস্নু মমুন কারগা
মালেম'থক্তা কেনথিনি।
শিবগী মতম থংবরা ?

নুমিংকী তানবা মতম লৈ,
ঊনাস্নু কেমবা মতম লৈ,

নিংথম কাম্থি শিন্নদা হৈরাং-লৈরাং 'পুম্বনা,
শাংতুনা কেন্দুনা মাঙথখি।
শিবগী মতম নাইবরা ?

লোইদাম থাবুম ফাবগা
রাঙোন শংজিন তাবগা.
অমংরাইথোং কুম্বনা মিনা হকচাং ইনবগুমনা
তাইবং থুংলং লিরকই।
শোঙবা ওাইবা নত্তরা ?

সমত্রু ঈপাক থক্তুদা
চীকমাংনবা কোঙোনগা
তাইবং রাঙোনশংতুদা মালেম মোংকম মথক্তা
তাইবং মীওইবা মপোক্তা
করি খেন্নব' লৈবগে ?

নোংঙোন অতিয়া থকতুদা
ফুইনা হৌবা নোংগী'লক্তা
নোংথাংনা জগোই শাবগুম অয়ুকী য়ুরামা পাইবগুম
তাইবং লীলাগী কম্বাক্তা
উংলমলগা মাংথোইত্রা ?

ভীমবীরন' কদাইদনো ?
নেপোলিয়নন' কদাইদনো ?
তাইবং ম্যাপকম থকতুদা ম্যনচম খিদোন লেৎপদা
মিংচকৌ য়ুম্বী হুংহুনা
লোইনা নোংগানখরে।

মিনিগী শাবা মমুমনি ;
শিবগা লোইনমক মাঙানি।

মাংগী তুংগী য়েংদনা                    তাইনং ঈপাক্তা তাউহনা
ঈশিং কো'ঙোম তাকপগুম,
মৈত্তাননা য়াখৈনরনি ।
হসি শিনি পাউচেন্দে,
হয়েং শিনি পাউতাক্তে,
ধর্ম্মগা লেনবা উপাম্নি                    মিংচৎনা মাংদনা মরম্নি,
কনানা, কনাগী করিনো ?
শিবগা পূজনমক মম্বনি ।
মপুগী শিনশং অসিদা
মপুগী শিম্হা পাংহনা,
পুকনিং তুজুং হরাওবা                    মিংবা কাঈবা লৈতনা
মিংচৎকী উরোং খিন্দুনা
পোকপা মহৈ য়ানগনি

---

## অয়াগী থাবল

শরৎকী মেংলবা থাবন্না,
মা'লেম চাংজো থুম্বদা
ঈয়াঈদ কোঙোল কাবগুম,
থাবলগী ইপোম মরক্তা,
থরান মিচাকী পরেংনা,
নোংম'দান শীনবা থুংখরে ।
নোংয়িন লাবা অমোমনা
কৈরা'থক্তা ফমহনা,
কবিগী অমৃত য়াজরি ।
থাবলগী লৈরাং খিবিক্তা
মা'ংবগী কৌরোই য়েংহনা
মপুগী কোলোই থররি ।

থরো কৌবী লৈরাংও ।
মতম চাবা উত্না
লৈকা ফননা নোক্লিবোই ।

মতম ইচেল অয়াংবা
করিগীদমক থাজবা
মাংবা লৈরোই নিংলিবোই

পংনা পানবা তাইবংনি
ঐখোয়সু নখোইগুম্বনি
শিবা হাইনবা হিংবনি ।

মপুগী থৌজান কংলিঙৈ
শাবিনা লৈপাম্লিঙৈ
লৈকা ফননা শাংচহৌ ।

ইমুংশোরা তৈরগা,
চিথে কিহুপ হল্লগা,
অমুক নোকপা কংলরোই

পুনসিগী অমম্বা অহিংদা
থাবলগী মায়া উবদা
ঐখোইসু নংগুম্বা নোকপনি

ঙসি শিনি পাউচেন্নে,
হয়েং শিনি পাউতাক্কে
মৈত্তাননা য়াথৈনত্রিঙৈ
শিনি হায়বা কাউগনি ।

চাংজৌ লাম্বা কংজ্রবা
থাবলগী ইরৈ ময়াইদা
য়াথনগী হিনা তাউথরি ।

থাবলগী য়াসু নিংশিংজ্রে
লৈয়াংগী য়াসু কাউথরে
য়াথনতনা ঊহৌয়ে ।

ছিনাও শাবস্থ য়াওব্রেব্রো
চাংজৌ লাম্বস্থ কংব্রেব্রো
কনানা হিথুংকম তাকনি।

তাইবং ভূমথুন হুয়ব্রে
থুম্ভাক লানশিনবগুম
মীচিকনাচিথোন তাবকে।

মরান লৈত্রবা কাকশিংনা
ইন্নুং ঙাললে থন্দুনা
অচীকপযু থুগাইরি।

মগুণ থংবা কনানা
তাম্না কৌবা চেক্লানা
পকম ম্বরূনা খোংনক্লি।

পেনন হৈবা কবিনা
মপুগী গুণযু উহুনা
তরংলাইজ শিন্থুরি।

অঙানবদা শাওরংনবা
অমমবদা হৈনরূবা
মকূতনা তেংথারি।

মেরাগী থাবল ঊবদা
থম্মোইন্নুংদা পেন্নবা
অ'ত কনা লৈবথে?

পাপপূ চেনবা কনান
মকুগুম্বা থরনা
খোইরাংখোইশাওনবনি।

---

## লৌউবা

ইন্নুংশোরা তৈরকলে, চীথ্নে ফিহুপ্ন হল্লকলে,
কাকী লাম্বাউনা শীনখরে।
খুনগী লৌরাং শুবনা যম্পোৎ লাঙ্গোল পান্দুনা
লৌবুকী মাইগৈ তমখরে।
য়াহৌঙনবা কনানা য়োংলৈ নোংথাং শাহুনা
তেম্পাকী লাড়ু তাখরে।
অইংঅশাবা কিদনা নুংশি-কোলোই শক্তুনা
লাঙ্গোলগী য়োংলম ফাংখরে।
লৌরাং শুরিবা মুপাদো ঐথোইগুম্বা নত্তেদো
মশাদ অতনবা পক্তরি।
তেরা মোম্পাক্তা হিপ্তুনা তরা মথেল চাহুনা
নখোইনা পেনবা শুমদরি।
হমাং তানা নোমলগা চানিংবা থন্না চারগা
তাখিবা মফমদা পেম্মরি।
নুমিৎনা চীংয়া থাংবদা চীংয়াগী খেন্দোং লাংবদা
লৌচি কোইবা চংথোকলি।
অশংবা কৌগী পান্দোংদা মালংবনা হুমবদা
ফৌনাদা ইপোম কারকলি।
রাবা'পুম্বা কাউহুনা তরেৎশুবা খোম্বাংনা
নুংঙাইবা কোলোই শকলকলি।
চীংজীন চুপনা নোম্মরে লাংবন লৌকা-নরকলে
চহিগী রাক্তনা পৈশিল্লে।
পোইহুনা লাকপদা লৌরোক পাহা রোবদা
ফৌবৈগী চীংহুম শারকলে।

'দীর্ঘ ত্রিপদী ছন্দ' অসি মৈতৈ লাইরিক তৌবা গুরুশিংমু মমাংতৈদগী শিজিন্নরকই তৌইগুম্বগুং ময়েক চাননবদি কনামু থোইনা হোৎনদে।

লৌয়ৈ তাম্থা পীরকলে হুমাই জগোই শারকলে
ফৌগৈবু চোননা খিনখরে।
শীংনা রাংপম্ন লৈতেদো চক্ক চানবা পৈরেদো
ইংখোলগী লম্থোং থিংখরে।
লৌরাং শুরিবা তাদও কল্লক্তবা ওমদেদো
নংগুম্না মুংঙাইবা কনানো ?
মীঙোন্দম্ন পুখোকত' মীঙোন্দগীম্ন পুক্লদা
লৈজবা অড়ুনা পেল্লিদো।
চাউবগীম্ন মীগোদে কানি হায়বম্ন কল্লক্তে
তাগনি হায়বগীম্ন রাক্লদে।
অরাবগী তাইবংদা নহাক্লুম্না মুংঙাইবা
মফম কদাইদা ফংগবা ?

---

## মীওইবা

নোংদম্বা বিধিনা কপনবা শীন্দুনা
তাইবং মীবু থারক্লে।
পুন্সি ঈপাক্ত' 'রাবগী ঈরৈদা
ঐখোয়না ঈরাক্লরে।
অপাম্ব'গী লাংদা তক্তনা থুবদা
থোক্লফমম্ন খংদরে।
'রাবনা চাকতুনা কপ্তুনা শিবনা
হিংবগী মহৈ ওইরে।
কনানা ঐগীনো ঐগীনা কনানো
শিবগা মম্বা ঙাক্তনি।
বসন্ত চংখরে ওলাংথা চংলক্লে
মতম্না পনবা লৈত্রি।

লমস্থ কৌশীংনি পাঙ্গনস্থ মাংবনি
পুন্সিনা থম্মাগী ঈশিংনি।
অসিবু হায়দ্না অরা তেংথাদ্না
কন্নিগী লাংতক্লগনি ?
অরাবা হায়দ্না অতংপা লৈতনা
শোল্লগা রাবা হেল্লিদো।
মপুগী শিল্লাংনি থবক্কী মফম্রি
থবক্তা মাইরোং য়াও।
পুন্সিগী লান্ফমদা পাম্বোমবু তিংবদা
শোইদনা রাবা কোকনি।
অতনবা নংদি হিংদ্রুনা লৈবদি
নংগী ঐগী লুম্নবনি।
লীবদি হৈতবা লৌবদা শিংলব
অতনবগী মশিম্নি।
তম্নবা তোক্তুনা থবক্তা চংদুনা
মপুনা নিংবা থুংগনি।
মাংগীস্থ রাকদে তুংদস্থ তন্ফদে।
হৌজিক্লা ফম্নবা মতম্নি।
নথৌদ্র পাংদুনা নপুক্লিং হম্নাওনা
মহৈদ্র মপুদা শিম্ননি
অচৌবা মীশিংনা অশিংব কনানা
মৃৎত্রবা পঞ্জেবু থেংলি।
নখীদ্র নেংদুনা ফিরান্দু থেংদুনা
ঐথোইস্থ থুডম ফংগনি।
কালগী তোর্ব্বান্দা থোঙ্গুম্না তাবদা
ঐথোইস্থ শিদবা ফংগনি।
থোঙ্গুল্দু লীদুনা অতোপ্পা কনানা
·মিংচংকী থোংজিন্দা লাকনি।

রঘু ত্রিপদী অসি মখিংদি শীজিন্নরগা থবক্তদি কম্না শীজিননবা উবে

বিথিনা ফংদবা মপোক্তি তাংলবা
হৌজিক্তি নংনা ফংজরে।
মংনি হায়জুনা নিংবা কাঙৈজুনা
কম্বিগী তেংথা-নবগে ?
কপ্লিবা অস্নূপ রাবস্নু অহুপ
শোইদনা হেনগদবনি।
নশাগী ওক্তুনা মীঙোম্দা পীজুনা
নশাগী কান্নবা থাগনি।
বীণাস্ত খোংসন্নু কিন্নানস্নু থেংসন্নু
ব্রহ্মানা ফংত্রবা মপোকনি

---

## তাম্না।

চেক্লা নংবু কনানো ?
শরৎকী মেংলবা থাবল্লা থুম্নবা
চীংগী নাপোম থক্লিদা
অমৃতনা থিকপগুম
তাম্না তাম্না খোংলিবা।
চেক্লা নংবু কনানো ?
থেংলবা অহিংদা চীক্লবা লোম্নিবা
বৃন্দাবনগী ময়াইদা
তাইবং পূক্লিং গুম্লংপা
য়ুমদা লৈবা ঙমদম্বে ;
ব্রজগী গোপীনা মুরলী তাল্লুনা
ব্রজ বৃন্দাবনদুদা
শ্যামকান্হাই থিবগুম
চেক্লা খোঙুল লীমল্লী।

মুংশি হৈতবা চেক্লাও!
য়াংলবা পুক্লিংনা    হৈনিংবা মিংয়েংনা
অশোংবা বনগী লক্তা
শাদানবনা তৌবগুম
নংগী থিক্ষম থংদরে।

চেক্ল' নংবু কনানো?
স্বর্গদা শকপরা    পাতালদা থোংবরা?
লাইরৈপাক্তা থোংবা
বীণাগী খোন্থাং য়ৈবগুম
নপাউখোন্দা তারিবা,

শক্লাইদবী চেক্লাও।
করিবু থন্দুনা    মুংশিবা খোঞ্জেম্না
তাইবং মালং পানসিদা
খোঞ্জেম্না নমিং ওইবগুম
পুক্লিং ঈরাং হৌহনবা!

চেক্লা নংবু কনানো।
রাবনা চাক্লবা    লৈকংলা মাম্নবা
তাইবং মোংফম থকসিদা
চন্দনখিকপা লৈরাংগুম
পুকনিং থৌগংনরিবা

চেক্লা নংবু কনানো?
রাথম্না ফংত্রবা    নংগী মুংগাইবা
মরীক'মতং ফংবদা
চেক্লা নংগী নতৌগুম
তাইবং শুক্নাংপা ওমজনি।

মুংশিবা চেক্লাও!
রাথম জগোই শ'জবা    জগোইগী খোংলৈ চানবা
খোংবিয়ু চেক্লা খোংবিয়ু।

চেক্লা নংগী নতৌগুম
য়ারেং কোলোই শকচগে।

চেক্লা নংবু কনানো ?
নপাউথোনবু তাবদা মিংলু নাপোম অনিদা
থাজত্রবা মপুগী য়াথয়া
গঙ্গা ইহৌরকপগুম
প্রেমধারানা শিন্থরি।

---

## লোইকাবা

নোংমগী কোয়ৌ সুমিত্তা, সুমিদাংবাই,
- সুমিৎনা চৌংয়া থাংলকপা.
তময়ানা কোরি চেনবদা,
অমতা পোকপী থাদোইনা, মনাই শেম্ন য়েংহনা
চীঙ্গোই মপাও তাক্লকই।
চায়থোইরবী ইতারোই ?
সুমিৎকীসু তাননবা মতম লৈ,
হৈয়াং লৈরাং'পুম্বসু, লৈরাং লৈথোক লোঙ্গয়গা
মালংবনা তাক্ত্না মালেম'থক্তা কেয়রি।
তৌইগুম্বসুং ইতা-ও !
সুরা লাইবক থীরবী, নতা ঐগী মকমদা
নোংদম থীরবা বিধিনা
অয়াবগী গুমথৈ পীরমত্রে।
ইপাম লমদম সুংশিবা কেগে মোইরাং থাহনা,
শেমবি লোইদা থারকপা
লোইদাম থাবুম য়ায়ক্রে।
ইপাম লমদম হায়বসি, অগুকপা মায়ানি।

শাংদোকহৈবা য়োংছিলংনা
খোংজেং পালোইনহুন
চখোক্লগা, থোইনা চেংনা পুক্লিবা।
কোনে মোইরাংদা তৌবগুম,
শেম্বি লৈরাং সুংশিনা, কবো হৈম্মাং অথুবা,
মুয়াগী পুক্লিংনা খোইদাদে।
যসন্তনা লাকপদা, পোম্বী চেক্লা খিবিক্লা
কৈরা'থক্তা তো'ঙুনা, সুংশি কোলোই শকপসু
সুরা ঐগী খোইদাদে।
লোইবী চীঙ্খাং থক্তুদা
তামনা কৌবী চেক্লানা, তয়েং শুবা খোম্বাংনা
মপুগী কোলোই শকপদো
সুরা ঐনা খোইদাদে
মাহু অপুম্বা থমহুনা,
ঐবু পোকপী পলেম - ঐবু পোকপদগী থীরবী
লাইবক চাওরবী ইমানা,
নাউপাইনরবা শম্বীগুম অরা তেংথানরিব'।
পাবুং পম্বৌ যুবরাজ
মোইরাং লাইনিংথৌ মহারাজ
মোইরাং নিংথৌ পুরিক লাই
রাবৈচেনবী মমোমগী সু্রা পুক্লিং ইংত্রিবা!
শাবি মানজা পাম্মুবা
অমুদোন নোংরাই শাজৌবা
কয়কপনা কোঈ, য়েক্রবনা য়াম
থমসু পোজেন লাঈরবী, ইদু নিংথৌ ইবুঙো—।
( অস্থুয় ) লাকচাং থাগী মাকমৈদা
কোকিল নহা খোমৌবা, পঞ্চম স্বরদি য়োউিমদা;
মন্তেক ওইবা খোজেম্মা 'কু কু' হায়না খোংথঙুন,
রাবনা মুক্লবা স্বরনা,

মতেক মতেক ওইবা রাহৈনা,
চিঙ্গোই পাউমেন্নদুনা
অমতা পোকপী থাদোইদো
গোমুখীগী নাপোমদগী গঙ্গা ধারানা শিন্দুবগুম,
মিংস্না থস্বাল অনিদা তরং লাইজ শিন্দুরি।
হৈরাং পাস্থী নিংথিবা, লৈরাং পাস্থী মুংশিবা,
পামজবা কনাদা হৈরাং লৈরাং পীদুনা,
মশাগী অবাস্থা কোরুবগুম,
( অমদি ) অশোক কৌবা উমংদা
সীতা হায়বী সতীনা
বিভীষনগী তালোই, মনাই সরমাগী মাকুলা,
মাংগী বারী শাদুনা অরা পোকথোরুবগুম
ওাস্থ থাঙ্গোংনা য়াচংবদা থোংবগুম
অরা-তেংথানরক্রি।
কনেক থোইগা শেংলিহৈ,
কুম্লংনা নাদা চিল্লিহৈদগী তিম্নরক্রবী মতায়োই,
মনাই শেনু অচানবী,
মবেম্ম স্না মাংদা, চিঙ্গোই মপাউ হঙ্গংচৈ। —
বরিষাগী কান্দা ঈচেনপুগুমদ্রবা তুরেনবু,
লাইজ ঈথাই পীবগুম.
মনাইগী রাকং তাবদা,
নাপোম থুন্নবা রাখনী ঈরৈ অকনবা
থরনা লাইজ শিন্দুনা, থরনা অরাতেংথানা
ঈচেন ময়েং তানরি।
মুরা মোমন্নু ইবেম্মা, অমতা পোকপী সনাহনং!
পস্থোগী য়াথং ঈল্লিহৈ, সতীগী ব্রত তাল্লিহৈ ;
কন্নিগী অরাবা শীংথানরিবা ?
নশাবি অমুদোন নোংয়াইগী
চরৈ থাংজেং ফিহৌবা,
কবোগী লংলা তজাবী, পাইরথুদাপ হন্ন কৈদোম,

ম্নাগী নমথাং ফিরোনবা, লোইরবরা ইবেম্মা ।
মতাগী কোলোই তাহনা, নৌদা নৌবী স্নাইল
লৈরাং মানবী তথোংপী,
পলেমগী অমৃত থাত্রিবা, নাম স্বর ঙমজনা
মতেক ওইবা রাহৈন চিঙ্গোই পাউথুমজরকই ।
লৈরাং শুব' কনানা, অনৌবা খোংলম য়ানবদা
কল্প কল্প শাংবগুম
থল্লু থল্লুরে হায়রগা
থম্মোইগী লকা'য়ুংহনা, অরাবতা মহেল্লি ।
অহুগী ইন্নুংশোরা তৈরগা
কেগে মোইরাং কোম্নুংদা, চৌখ্ৰ বদি যুবরাজ,
তরা লুকোই হাররগা, স্না ফমজাও থক্তা
তোংজৈ থবুম ফান্দুনা, অরা পোত্থানরিবৈ,
তালোই অচানবীনা স্না খৌগন তৌরিবৈ,
নাইজহনবা কৌহনা স্না য়াথং তাক্লকই —
ইমোম লাংলেন স্নাইল, অমতা পোকপী থাদোই
উদবা কোরৌ কুইরক্রে ।
ঙসি খোয়েন মংলাংচান্দ
চাংদা কাহনা শীংজনবা, পাত্ত' কুমদনা লোম্খোনবা
উরম্মীদা ইচাদো !
শেম্বী মরমদা করি রাবা তারবা ?
সত্যগী রাশক ঙাক্লবা ; অঙোম মমুমদা পীবনি ।
থক্ত' অমা শাত্রবা, ভুংদা অমা পে'মত্রবা
তাংনা শাংলবা ইমোমনি ।
ইচাগী মনিং তৌসনু ।
হৈস্নু হায়না রারকপ', শিংস্নু হায়না পাউতাকপা
ওক্রে ঙসি ওক্রে ।
তাও অচানবা তাও !
হয়েংগী সোরা তৈত্রিবৈ, কাকী লাম্নাউ শীত্রিবৈ

চরোঙ্গ তেত্তুনা খোংথ্রিঙৈ, নাইজহনবা খোংশাল্ল
ইমোম লাংলেনহনবু শেম্বীদগী কৌখৎলু ।
তয়ুম কনা লৈবগে ?
অঙোম ময়ুমদা চৎলো লাও !
সত্যগী রাশক কায়নিংদে, তাউজীং লমন থম্মরোই ।
( নোংবান্না লাক্লবা কান্দুদা )
হা নোংবান কোংয়াম্বা !
হৈস্ল শিংস্ল হায়দুনা, শেম্বী লোইদা থাপ্রবা,
ইমোম লাংলেন স্নাহল,
হয়েং কবো লোইকাররক্লনি ।
ঙেৌবা নয়ুম য়োঁজহৌ ।
হৈন-শিংনবা রারকপনি
ইমোম লাংলেন মাংফদে ।
থেমদুন' নৌগুনা য়োরকউ ।
( অসোমদা ) তুমুরাকপা মরানয়াই,
চাক্লবা স্নুমিংকী থাম্বী মৈশানা য়েবদা
থৌগংলবা শারিন, লাইজ লিক্লা ঙাইবগুম,
থৌরাংনা ঙাইরবা থাদোই,
মপু নাইজহনবগী কোলোই মপাউ তাবদা
কুমগী ইনৌ ফংবদা
শারি নোঙ্গৌবীন পেনবগুম,
পাইমনুংদা থজখি । —
ইবুধৌ থাংজীং লাইনিংথৌ
মনাইগী লাইনিং উবিদ্ল, কুবিরগে নিংলবোই ।
থুবাং চাংজৌ তরানা, ইহু কাইদা লিশিংনা
চরণগী থাদা নোঙ্গরি ।
মপা তুমুরাকপদা চংহুনা
পম্বৌ শক্লবা ইপাও !
অয়োনবা পুম্বা কনবিয়ু, লানব'পুম্বা ঙাকপিয়ু ।

নমোম তোল্লবী ঐহাক্না
ভক্তিগী লৈরাং নত্তুনা
কচ্চনিংঙাই লৈজদে ।
লোইদাম য়ামগ্রবা কোরৌ শীংবুম কুইগ্রবা
পম্মোগী শাইগংদা থুপ্তুনা
ইপাম লমদমবু কাউনবা
( নমোম্না ) করিনা লম্মন শিংসিবা !
মতা শক্তিক চংনিং খোম্বীদা
মুংশিল্লবী ইতারোই !
তল্লা থোক্ল ঙাংনবা, চামথোক্লা খৎনবা
খোইদা লিম্হানমুসি ।
নচেং চাদুনা লৈরবী, তোল্লবী নতা ঐহাক্না
প্রেমগী খুদোল নত্তুনা, পীরম্মিঙাই লৈজদে ।
অম্ভুম্না পুকমেন পাউমেল্লদুনা
মনাই শেম্মুনা মাংদা থা, নাইক্লহনবনা তুংদা চং
শীজনা লোইরোই কাররিক্লি ।
শেম্বী মরম তুংওইনৈ,
কেগে মাইগৈ পাংলক্রে ।
সতী' য়াথং কিবনা চৈশুনা রাপন ফাখরে ।
মাংগী রাবু নিংশিংদুনা', মিংস্না থম্বাল অনিদা
তরং লাইজ শিন্দুখি ।
শীজনা লোইরোই কাররিক্লি, কুম্বি তেরা মাংওইনৈ ।
( অসোমদা ) অঙৌপাম্বা মপারি,
মনাই শোরা মাংদা থা,
দোলাই লেংজাও ফৈনা তোং, 'ঙৌবা পেনা থক্ত খান
কুম্বি তেরা খাদম্না শীজবু ওকপা লাকচরি ।
কুম্বি তেরা খা'হুদা, দোলাই লেংজাউ থাদুনা,
মজা ইবেম্মনু ঙায়জরি ।
শেম্বি পম্বক অশাংবা, মুংঙাইবনা তেল্লবা,
শীজনা লোইরোই কাররিক্লি ।

পেঙৌ খানবা উবদা খোংকাপ ভুংদা হন্দুনা
মনাই শেন্দুদা হায়রকই।—
মাংলে মাংলে ঐহাক্তি,
কৈ কিছুনা চেল্লগা, শওম ওক্নবা ভাবোই।
কবো নিংথৌ মরানয়াঙ্গ, হল্লসিবা উত্তারোই।
মাংদখাল্লিবা পে'সি কনাগী পেনো খংবরা ?
অঙোম কম্লাইবা কনানো।
অচৌবা পেবু খান্দুনা,
নিঙোনগী নুংঙাইবা লখীদা,
তিন্থংগী পৌয়োন শীগবা,
য়োৎপীগী শৌবু থাকবা ?
পম্বোনা ঐবু কৌবদি, চান্দুনা কৌবা নত্রেদো।
থাম্বি মৈরিথক্তা য়োংকী কাচাঙ্গ থাজংরু
মমোম্বু শীনপ্রবোই।
অঙোম ময়ুমদা য়ৌয়োই
নোংবান মনাক্তা চংলোই হায়বগী
পম্বোগী য়াথং ইন্দবনি, কবো লোইদা চংপনি
পাক্তা কুমদ্যু ঙাকাবা চীংদ কাদ্যু শীংজনবা
কনাগী মশুং লাংগীনো ?
ইবুধৌ থাংজীং লাইনিংথৌ !
ননাইবু কপ্নবতা পোকহন্নে.
অন্নম রানি খংলবদি,
পলেম' খোম্লাং অমৃত থল্লিন্দ্রেদা
শিজহৌবনা ফগনি।
মাংগী ভুংগী সাক্ষী ওইবা
কোয়োহনবা ইবুধৌ।
পাণ্ডবকী ভালোই সতীবু অরাবদা কনবিবা,
নাকোংনদি তাঙ্গ
লাইবকথীবী ননাইগী সত্যগী রাশক ঙাকপদা

ঙেংবাংবিমু লাইনিংথৌ!
লমজাউখোন্না চাক্লবা মৈরীমুংদা
পাঙ্গল শোল্লবী শক্তিনা,
মাইগৈ থুংনা চেল্লগা, পাম্বৈ লৈতবা উহুনা
মচা মথাদা কোন্দুনা শিননবা ঙাইনশুম
পাম্বৈ উদ্রবী সতীনা, মপুগী খুয়া ভমহুনা
খুবাং চাংজো তরানা হে খুরুমজৈ।
সতীগী মিংস্না থম্বান্দা
প্রেমগী থারা উহুনা
উরী রারী অপুম্বা তরং লাইজ শিন্থখি।
লাপ্লপ চেল্লবা তুরেম্না
সতীনা রাবা ফংর্বস, উজারোইবু হায়হুনা
ঈচেন য়াংনা শিন্থৃরি
(নক্রগ) লাইজ নিংথৌ ঈপাক্তা
সতীগী রাবা রাকৎপা,
ইচেন য়াংন চেন্থৃরি!
অহন্না ঙাইহাক পুঙ্গোই ফমহুনা
অরা তেংথানরগা পাইমমুংদা থল্লকই।—
থাংজিংগী কুপা য়েংলগে।
লিল্ শিনবা, চৈশুম্র তেক্তনবা
ইতৈ হায়না কৌহনা
পম্বৌগী তাউজিং লমন খুম্মগে।
অমুক পনবা তৌদনা, তেরাখাবু ভমহুনা
শীজনা লোইরোই চংলকই।
নোংবান নাক্তা চংহুনা কোল্লোই মপাউ হায়রকই।—
ইতৈ নোংবান কোংয়াম্বা
কেগে য়ৌবা ঙম্মোইদৌরে, ইতৈগা উনবা ফংবদি।—
ইবুধৌ থাংজিংগী কুপানি।
অসিনচিংবা হায়হুনা, ঙাইহাক পুঙ্গোই পোখারগা,

কবোরাই হৌরে হায়তুনা সনা ভুশিন্নথরে।
থাদোইবু মিহৌবগী নে,
যুবরাজগী য়াথং কিবনে
লাইজ ঈশিং থিতুনা, তাউজিং হৈরাং পুথোক্লুনা
শীজগী সেবা থৌগনখি।
"শিরে পলেম শিরে;
তাওজিংনদি কররোই, লাঈজনদি কাররোই।
য়াঙোই'মতং ফংত্রবদি, কবোরাই কবা ওন্নরোই।
মতাংনদি চাত্রবনা য়াঙোই ফংবদি য়াররোই;
হা থাংজিং লাইনিংথৌ!
পলেমগী চেংলৌ উদনা
থাংমুথক্তা শিয়ু তমথরবোই।
বিধিব্রহ্মা নোংদম্বনা, কলম মচীন থৈথিতুনা,
মুণ্ডাইবমথৈ কক্তুনা অরাবতা ইপ্রবোই।
কেগে য়োরোই রাবন্মী,
ইবুধৌ থাংজীংগী থৌজাল্লা ইতৈনোংবান উনরে
হৌজিক য়াঙোই'মতং ফংদতুনা
কবোমাইনা শিবা-তারেদো'
করি রানো সনাহল!
অচৌবনা চৎপদি য়াঙোই লোইনবা হৌমৈনা।
ঐস্নু শগোল পুরক্লি।
ওম্হোকপনি বিধাতা, মীগী চেংনা লৈরিতৈ,
হিংনবা পাম্বে মরাকই।
ইপুগ শেম্নুগা হাল্লম্মো;
পলেম পন্হোদা তাকপিরু
য়াঙোই ফংলবদি ফরনি; ঐহাকীদি রারুস্নু।
অসি রাবু হায়তুনা মনাই অসি থাথরে।
ঐহাক য়াঙোই তোংজগে,
ইতৈনা নাক্তা ঙাকপিয়ু।
ঙাইহাক থরা থৌজগে, চেকশিন্নবু শেনবিয়ু।

শীজ য়াম্লোই তোংখৎলে।
তম্না থৌবিয়ু সনাহল!
খর মো অমুক হন, খর থৌ খর হন।
লমছুম থৌ লম্মী হন, তরা থৌ তরেৎ হন।
অমত্তা পোকপী খাদোই
য়াম্লোই খুরুপ থৌছনা মিংকম রাংম লানখরে।
হা সনা ইবেম্মা, অঙোম লৈরক্তা চংবিয়ু।
হা নোংবান কোংয়াম্বা!
মৈন কাংজ্রম মকোম্থোক
পুন শংবাই মাতংপা!
কুম্বীগী তের 'খাদুদা, ইতৈ ইতৈ কৌরম
পম্বৌরী তাওজিং লমন খুম্বনি।
তম্নান মান্নবী চিম্বাম্বগী
ঙাংখোরকপা কোলোইদি, কোকিলশিংবু ঙমজৈদা!
য়াম্লোই য়াম্বা ঙমজ্রবোই
সনা ইবেম্মা ঙাইখো;
হুংশিংকী মমাংথানা নোংবান কোংয়াম্বা তাখৎলি।
হা নোংবান কোংয়াম্বা!
থুমন য়মুমে য়োরগে, নোংমাই মনাক চৎলগে!
মাপী লমন থুম্নবা, ইতৈ ইতৈ হায়ছনা।
ভাম্লোইশীংদা চল্লমলে।
ঙসিগী কোয়ৌ নুমিত্তগী
মতৈম্বা হায়না মিম্লোরে।
'হুংশিদা! শগোল খাম্বা ঙমজ্রবোই।
সনা ইবেম্মা, অঙোম লৈরক্তা থৌজিলো।
য়াম্লোই শাইজে থাদুনা কাক্তাগী লম্পাক য়োরক্লে।
'কাক্তা হুংশিং নামিবা'
মুমাবু মৌগী শীংদা চহলদ্রি।
হুংশিংকী মমাংয়াক্লনা
থুমন মগানম্মাই য়োথবে।

নোংম্বাইগী লাঙ্গৈ থাংপোক্তা চঙ্লুনা
পুকমেন পাউমেন্নরিঙৈ,
য়াঙ্গোই শবুক্তা শানন পুনশিন-বিন্নুনা
শুকনা থিনশে ভোবদা
মনম্মা থম্ম্নুনা থামজনখি।
'য়ানবগী শগোল' হাঙ্গৈত্তুনা
থোঙ্গাল তাম্না হোইদোকখি।
অঙৌ পাম্ব নোংবানম্মু তুংথ মাংথ মথুংঙৈ
লম্জাংদা য়াঙ্গোই'ত্তু উবদা
কৈরাকপগী য়াঙ্গোই চাবোকলে
হায়দুনা চংদুনা য়েংবদা, মাগী শগোল ওইরম্লে।
মজা ইবেম্মগী শরুক শিন্দুনা
মহাক্না চৈত্তুনা ফুদোকলে।
অঙোম ময়ুমদা হনখিবদা
তোরো কৌবী মচম্না
মশমপুম্বা লুথমদা পুন
তজাবি নমথাং থুনাং থোং
থম্বাই পোঙ্গাম্দা থোক্নুনা
জগোই তাম্না চানা কোলোই লাউনা শরুম্মী।
ইনম্ম শীজ লেংঙকএ, অঙোম শাগৈ চাউরনি।
( মবুংনা শাউরংনত্তুনা, মচনবু ফুগে তোম্নবদা )
ঐখোইগী য়াম্বুং ইকাইরে।
( মজা ইবেম্মনা তোংলকপা, য়াঙ্গোই শাবল পোথা উক্লুনা
ইনম্মশীজ পোম্নকলে, অঙোম্ শাগৈ চাউরনি।
অঙোম ময়ুম য়োম্নক্তে থংহ্নুনা,
যুবরাজ শঙ্গাই চত্তুনা, অমত্তা পোকপী থাদোইবু
লেংঙকপম্না হংজখি।
নংবু ওক্লু থাগ্রগা, ইমোম মকম থংম্রবজি,

ইচাদি মাংবা য়ারোই, ইমোম থুনা পুরকউ।
নোংমাই ময়ুম চন্নুনা মজা ইবেম্মা লেংককপা,
চিঙ্গোই মপাউ হংলুবদা,
মজা ইবেম্মগী থৌমিনশিন্না,
হরানবা কনানো হায়দুনা
নোংমাইনা নোংবান তাম্লে।
প্রাণদদি কল্লু হায়দুনা; অচৌম ময়ম্মা হনখিদো
অমত্তা পোকপী থাদোইদো
পুকমেন পাওমেন্নরগা
যুবরাজ সঙ্গাই য়োজাখি।
হে থরাই মঙাময়ক, মিগা থানা তককনক,
.... ... ... .... ...থরাই ঐনা য়ানিংদে।
.............................মিরেন ঐনা থোইদাদে
.............................থরাইবু ঐনা য়ানিংদে॥

---

ইঙেন লৈ।

চৌংদা শাংপা ইঙেল লৈ
চিননদনা কেনখিকা
কল্লকই॥
ঐনা কেনগে কেনদেদো
মালংবনা থবগী
কেনবনি॥
মালংবা ঐসু কৈদৌদে
লৈরাংনা লৈথোক লোইবগী
কেনবনি॥
চৌংদা শাংপা ইঙেন লৈ,

শ্রীখোইস্নু নংথী নত্তৌগুব
পানথবনি।

ঙাংবনা থৌবা শক্লবা
ভাইবং মালং পান্জিনা
য়াওবিদো:

তৌবা ওন্না করাস্নু
নারক্কা শাংপা লৈরাংগুব
লোংখলদো

অরাব’ঙুংশিং করানা
পুন্জি’ফম্বাক থজিন্না
হন্নিদো।

চীংদা শাংপা ইচেন লৈ
স্তুমিংনা থাদা লৈদরি
ঙাইখোগু।

তাইবং মীয়ু উরগা
য়ুম্বাম জগোই শথেচু
ফিংশিংতি।

মালংথস্নু কৈদৌদে
ইচেম্বানা ভেনবনা
কেনথবনি।

নংনা কেমবা শাংপগুব
শ্রীখোইস্নু থুনা শিনবা
ঙাইবনি।

ঈপাক্না কোঙ্গোল ভাকপগুব
পুন্জিগী ঈপাক থজিন্না
ভারুনি॥

---

# তোম্বু লাইকিংলেম্বী।

## ( লিংথোকোম্দা কৌখংপদা )

মাংদা শংবাম্নবা, লোক্তাকী ঈশিংদা,
ঈথক্লা জগোই শাগ্লিবা।
বসন্তনা ওইবনে, হৈনাং লৈনাং অপুম্বা,
অনৌবা য়েন্নিং হুনব্রে।
( অয়াম্বা ) খংনদবা চেক্লাম্বু
খুনগী পোম্বীগা চিক্নোক্লা
ঈথকী কৌরোই য়েংহুনা
জগোই খোংলৈ চানবা— খোংজরি।
অম্বুঙৈগী কানসিদা, লাইজ-নিংথো লোক্তাক্লা,
সনা মচু লমম্লোবী, শুমিৎকী অরোইবা মশেক্লা
নৌনা লৈতেংবগুম নিংথিখি।
থরো থাংজিংগী শপাম্না
কোঙ্গোন থিনবগুম কজখি।
লোক্তাক ঈপাক তোর্ব্বান্দা
অশংবা তিংখো মথক্তা
হুম্না তোম্বু কৌবীনা ঈথকী জগোই য়েংহুনা
মিংসনা থম্বাল অনিদা
জবংগী লাইজ শিন্নুখি।
থানিন থাজ মাল্লবা, ম্যাম্নথোং থম্বান নিংথিবা
অয়াবগী লৈচিম্না কুপলিবা।
থমোইগী থুম্লবা লকাম্নুংহুদা
পুঙমত্রবা অয়াবগী ঊক্তেম্না,
মাইথোংদা চেনবগুম উম্নিবা।
হৈনাং লৈনাং পুম্বনা, কপনুবা শিম্বোং শীল্লিরা।
পোম্বী চেক্লাগী কোলোইদা, অম্না তেংথাৱোল ওইরিবা।
( তৌই●বম্নুং ) মাগী মিংথৌবগী লন ওইরিবা

মশাবি থাংজহনবনি
মাগী রাবস্ন থংবিরে।
লাইনা নম্নবী সুরাগী
অশাবা মিংকী লাইজবু
অনৌবা পুর্নসিগী, অমখা মপৈনা
মাইকৈ ভরা, কুপলিবা, অমুক হন্না উপত্রা ?
রাখন্না লাম্বা কংত্রিবা, সুন্নাগী রাবগী মশকশি ;
উদবা কনানা থংগনি ?
নোংদম খিবা বিধাতা !
লৈরাং শিঙ্গারৈনা ভৌবগুম
সুরাবু কেন্নবা শাবন্না ?
ঈথকী জগোই কজবা, অমুক হন্না উন্নরোই
মাংগী লিলাগী কন্বাক্তা
অনৌবা শকফম উন্নরোই।
শাখি ইথুংঙো সুংশিবা
গুসিদি অরোইবা বিদায় পীবিরো।
লৈরম্মবদি নহাকস্ন, খাইনবগী পুংফম অসিদা
পি মরিক থরদং পীদুনা,
থমোইদস্ন, চোংপা গুমগনি।
হৈরাং লৈরাং পাম্বীদা, লাইজ নৌনা চাইবগুম
নিংশিংবগী মরোন চোংগনি।
করে করে পাম্পুবা, ঐগী থম্মোইদা চাক্লিবা,
অরাম্নদি উরিরোই।
সুপী ওইবী ঐখোইগী, অথুম্না থম্মোইগীমুংছদা
প্রেমগী থারা চেক্লিবা মুপাদা কাওবা হৌরজে।
মাহু করিগুম্বা কাওরবদি
ঐগী রাবদা রাবিরু।
মোইরাং ভুরেল রাজংবী
সুন্নানা কপ্পদা নোক্লরি ?

মৈতৈগী ইপাক্কি মাংদা জালশিবা,
ঐখোইগী লোক-তাক হায়বসে।

( ২ )

ইরাইদা শাংলিবা কজবা লৈরাংনা
উবদা মিংকন্থ্ হোংলবা,
মরক্তা তাম্রিবা নিংথিবা চেক্লানা
সুংশিবা কোলোই শক্লিবা,
খুনগী পোম্বীগী, হাৎবা পূকৈনি।
অম্রাম্বা চিঙ্গাক্রা থবা।
মৈতৈগী ইপাক্কি, মাংদা জালশিবা
ঐখোইগী লোক-তাক হায়বসে।

( ৩ )

মাদীবা সুংশিংনা, ইথক্তা হুবদা
ইথক্লা জগোই শারিবা।
বিথক্তা ভোংচুনা, খুনগী ইমাশিং
ইনগী জগোই লৈরিবা।
ইথকা চাননা, সুংশিবা কোলোইনা
নোংমী আম্বাবু শীরিবা
মৈতৈগী ইপাক্কি, মাংদা জালশিবা
ঐখোইগী লোক- তাক হায়বসে

( ৪ )

খাঙনগী পুক্তাওনা, করাংগী হৈকোম্বা
নিংথিবা হৈরাংবা জাল্লিবা

কৈকল্লী য়েল্লিনা লৈল্লংমা লোইননা  
থুনগী কোঁইবদা শাংলিবা।  
অরাবা চেল্লাবা কৈরাগী থক্তুদা  
খুৎশিবা কোলোই শল্লিবা।  
মৈতৈগী ঈপাক্লি, মাংদা তাল্লিবা  
ঐখোয়গী লোক তাক হায়বসে।

(৭)

কুইনা নিংলবা পুক্লিংগী অপাম্বা  
তলিপি থুংজবা তারেদো।  
হিথক্তা তোংহনা ইপাক্তা তৌবগুন  
নৌগী জগোইবু শাজগে।  
নিংজবা থুংহনা মিংনুগী নাপোমদা  
তরংগী লাইজবু শিন্থগে।  
মৈতৈগী ঈপাক্লি মাংদা তাল্লিবা  
ঐখোয়গী লোক-তাক হায়বসে

(৬)

ঈয়াইদা থুংবদা মপুগী নিংখিবা  
তপবু উজবা কংহনা,  
ঈথক্তা লোজনমা, লৈরিবা পুক্লিংনা  
মপুগী তপবু থংহনা,  
মাংলবা খোজেমা, মপুগী তপবু  
শক্তুনা পুক্লিং পেম্নসি।  
মৈতৈগী ঈপাক্লি, মাংদা তাল্লিবা  
ঐখোয়গী লোক-তাক হায়বসে।

# ফৌওইবী লাইরেম্মা

তিক্কা হাঁপও ইমাও?
খুঙ্গং থুংনা চৎলুবে
তাংলৌ য়াম্না থেংশবে,
লুরাং পক্ষি য়ৌকৃবে,
পক্ষি তালোই চিন্থিবী
পীনিংদনা পীরকপা,
হাপ্নীংদনা হাপ্লকপা,
অমৃতসু ওইসা,
তিক্কা হাপও পলেমও,
খুঙ্গং থুংনা কোঙ্গকুবে,
তাংলৌ মতাং অসিদা
পূক্নিং পেন্না কত্তুনা
থুমন মণি মমানা
তিক্কা পনবা তৌহৈদে
তিক্কা হাপলো ইমাও
লৈত্রবসু থিরকউ
কোরৌ মৈবুন হৌরবা
নোংমগী তাল্লবতুনা
চাত্রবসু থনগনি,
থুমন মুরা অভাংবী
ওক্লোইদবা চেংকুদা
তাংলৌ চাদনা লাক্লবী
জয়বু ওইবু ইমাও!
খৌজানবৈবী লম্বিনা
রাহৈ অসি হায়ক্লনা,
মনাইগী মকথক্লা
অমোংপা নমথাংক্ল

তিক্কা .হাপও লাউ।
কনাদগীসু লৌরক্কে॥
মুংশি হৈবী ইমাও।
তাক্লাদবনা কংলক্কে॥
নীংথাই পংথাইদবীনা,
কাকী চৈঙ্গাক ওইহৌরে॥
কনা লৈতে হায়রহুনা
হুপী মশক ওইরে॥
তিক্কা হাঁপও লাউ।
কনাদগীসু লৌরক্কে॥
ইমানা পীবা তিক্কানা,
চরা নোংথন-নজগে॥
মচা মণিবু কৌহুনা,
চিঙ্গোই মপাউ তাররক্কে॥
তিক্কা হাপলো লাউ।
চাত্রবসু মুংথাইসি॥
তাংলৌ লৈশিনখবেদো।
পীহুনা পূক্নিং পেন্নসি।
লামই কৌবা চায়গন্নু।
মেরুক্ক তন্না থিজখি॥
কেতুনা থন্না কংবক্ল,
চাকনিবীদা হাপচখি॥
জরাং অপা লৈপন্নু।
তাওারীবু ওইসন্নু॥
কৌওইবী লাইরেমী
খৌজানবীগে নিংলবা
মকথক্লা কন্নুনা

খুমন শুমাং মথৌবুং কোম্মী চীংচুম শাহোরে॥
পুরাং পক্ষিনা চেন্দুনা খুয়াথাদা ভুজখি।
"ঐবুদি নংনা তাম্মোক্লে, ঐনি লৈবা ওম্মরোই"॥
ঐগীগাক্কা থনকদে কাম্বরতম্ব য়েংকদে।
থৌজানগী খুদম উংনবা নহাকীদা লাকপনে॥

---

## লমগী চেক্লা অমদা।

য়াঙ্গোই খুক্লপ থৌহনা হুংবিল কোরৌহনবনা
নোংচুপ চীংয়া ওমথরে।
লাঙ্গোল য়োংলম কাংলয়া য়োংগৈ নোংথাং শারম্বা
ওম্মা মশিন থাখরে।
লাইজ্ ঈশৌ লাংবদা মলয় হুংশিংনা ৈরবদা
পুক্লিং হকচাং ঈংনরে।
অভানবস্থ লোইক্রিরঙে মলয়া হুংশিংনা য়েরবদা
কাওরেন কোঞ্জন মতমসে।
নাইতোম তাবা চেক্লানা শুক কাম্মোং থেত্তুনা
লৈনা জগোই শারম্মী।
পম্মৌ শুমাং ময়াইদা বৃন্দাগী খুভম মঁনাক্তা
কোলোই মপাউ তারম্মী।
চীয়াইদবী মকুপও ওাইহাক্তম্ব ওাইথোও
লমনাইদবা মালংনি।
কনাগী য়াথং ইন্দুনা কণাগী খুচুং লিচুনা
নপাম লমদম য়োগনি।
ঐনা হায়জবা তাদন নাইতোম পাইবা চেক্লানা
মিয়েং কারন লাম্মোকখি।

ইন্নুং শোরানা তৈরদা ঈমুং কমজাও মথক্তা
খোমলেন য়াতাগে লাক্লখি।
তাইবংমালংগ্ন লাল্লবা খোয়েন ভুথ্‌ল্‌ হল্লিবা
অম্নুংঙৈগী কানসিদা,
খাবম্না ইপোম হৌরবা শংবাম্নবা মালংদা
লাইগী জগোই শাবীনা,
চেক্লাবু ভরাম ভৌহ্না মুংশি খুহ্লং কৌহ্না
চেক্লা কাইদোংক্ম পীনখি।
নাইতোম তাব চেক্লানা কৈরাথক্তা ভোংহ্না
কোলোই মপাও তক্লাকই।
ঙসাইদৌনা নিংথিজৈ ঙসাইদৌনা মকজৈ,
পংনা পাল্লি তাইবংও!
মপুগী লৈপাক'মুংসিদা হৌরম থৌদোক খুদিংদা
কনানা লমজিংবিবগে?
হয়েংসু শোইদ্‌ মরাকে, ঙসিদৌনা পাইরকে;
মপুগী মগুণ তমলগে।

---

## শামুকাবা।

ইন্নুংশোরা তৈবদা, ভেথাওগী প্রজা অপুবা
খোইরেনতাক্তা লময়াইদা, মোইরাংগী
প্রজানা ভৌবগুম, শেংকদবা শেংহুনা,
অরাংবা শগাইথকভুদা. ঙমা কাথংনথরে।
ভেথাও স্বর্গদেবসু, পীথোকথরবা য়াথংগী,
পুক্লিং লাংতক্লহনা, শগাইতম্না কাথরে।
লাইহিক্তা মরোম্তাবদা, অওইবম্না থংদনা
চংজরকপা মী'সিধু মতৌ করম হাংকবা।
মৈতৈ লিংথৌ হায়বসি লাইনা থাবা লিংথৌলি।

ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তি ওইদুনা মুরলিনা খুত্তা পাঙ্গ
ধরা চুড়ানা লৈতেংদুনা মনাইদা দর্শণ
পীবিখী। ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌরেন,
মিংলু নাপোম অনিদা, তরং লাইজ
শিল্লখি। লাঙ্গোইগী য়াতোন্দা লেপত্তুনা
পুক্নিং ভুজুং হরাওনা, চামর থৌগন
তৌজখি। মদুডো চিংনা য়েংলগা,
প্রেমগী ধারা শিল্লুনা, মালেম লৈমাই
থক্তুদা, মূর্চ্ছা ওইদুনা তাবদা
তেথাও লৈবাক'পুরদি; গোবিন্দবু
উদবনা মাংলে মাংলে শোয়খি।
পাম্বে থিবা ফংদবনা, মালাজাপপু
তৌদনা, গোবিন্দগী নামবু শোন্দুনা
লাঙ্গোই মথুবাক্তা, শিরগে নিংলবোই।
শামু লমশা অদুনা, ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌবু,
লাঙ্গোইথক্তা থাঙ্গৎতুনা, লোইরোইন
থোরকই। জয় ওইরে জয় ওইরে,
ভাগ্যচন্দ্রনা জয় ওইরে। তেথাওগী
লৈবাক'পুম্বা লাইগী বংশনি
হায়দুনা ভাগ্যচন্দ্রবু থাগৎখি।

---

## একলব্য।

(অনুবাদ মহাভারত)

নোংমগী কোরৌ শুমিত্তা দ্রোণাচার্য্যগী মফমদা
চণ্ডাল মচা'মা লাবক্লমী।
হিরণ্যধনুগী মচানি মমিং একলব্য কৌবনি
দ্রোণগী খুয়াদা খুরুমখি।

খুবাং চাংজৌ তরানা গুরুদা ভক্তি উত্তুনা
খুংলাই তমগে নিজখি।
নংদি চণ্ডাল মচানি মিংচৎথিবা লৈহৌনি
তম্বিবা ওস্নোই পাওখুমখি।
গুরুকৃপা ফংদ্রুনা ইকাইমুংশি য়ান্নানা
নারক তম্না চংথোকখি।
গুরুবা বন্দা চংদ্রুনা দ্রোণগী মুর্ত্তি শাদ্রুনা
খুংলাইগী অভ্যাস হৌজখি।
অশাবা মুর্ত্তি য়েংদ্রুনা ভক্তিগী লৈরাং কত্তুনা
গুরুভক্তিগী অথেংবী উৎচখি।
নোংম কৌরব মচানা নারক অদু তমদ্রুনা
শাদাম্নবা লাকলমই।
পাণ্ডবকী মনাই অমনা হুঈগা লোঈন লোঈননা
ব্রহ্মচারীদুগী নাক্তা থুংলরে।
লাঙ্গোই খোঞ্জেল তাবদা মাগী লাইনিং কাইবদা
তেম্না হুইদা তমলকলে।
হুইদু শিবস্নু লৈত্তনা তেম্না মশাদা শোক্তুনা
খোঞ্জেল খোক্তনা চেন্নকই।
গুরুবা খৌসি উদ্রুনা পাণ্ডব মচা পুম্বনা
ব্রহ্মচারী তম্না চংলকই।
মিংনা কখি কৌবনো কনাদা বিদ্যা তম্বনো
তাকপিয়ু হায়্না পাউহংখি।
একলব্যনা ইমিংনি দ্রোণদা ইহৈ তম্বনি
হৌজিকস্নু ব্রহ্মচারী ওইজরি।
রাহৈ অসি তাদ্রুনা পুক্নিং খোইরাংনদ্রুনা
অর্জ্জুনা গুরু তম্না চেন্নকই।
ময়ানা তেন চীক্লকপা ঈনা ময়াদা শিন্দুবা
মশাদা শোকপদি লৈতবা,
অর্জ্জুন পুক্নিং মুংশিখি গুরু দ্রোণদা হঙ্গংখি
চণ্ডালদা অস্নুম্বা বিদ্যা তম্বিব।

পার্থগী রাহৈ তাহ্নুনা ইকাই সুংশি য়ামনা
বনহু তমনা চৎলকই।
গুরু লেঙ্গুক্পঃ উদ্না মালেম' শত্রাংনদুনা
খুৎলোননা লেপচখি।
ঐবু গুরুনি নিংলবদি নমাংদা লাক্লে ঙসিদি,
গুরুগী দক্ষিনা পীহৌ:রা।
গুরু'আশা তাকপিয়ু থরাই কৎলু হায়রিয়ু
ননাইগী পেনবা ওইগনি।
মরাহৈ'হু তাদুনা পূক্লিং ফুম্বংনদুনা
য়েংকী খুবী নিরকই।
মাইথোং লাংবা তৌদনা য়েংকী খুবী ককতুনা
গুরুগী খুয়াদা কৎচখি।
গুরুবা দানসি উদুনা স্বর্গগী লাইয়'ম খিবিরা
লৈরাং খুজোক চাইথখি।
(কাশীরাম দাস)

---

## থাকচৌংগী লৈরাং।

(১)
নাইতোম শাংপী লৈরাংও!
শামারবা লৈত্রবী লৈমায়বসু য়াওদ্রবী
নপিজ্জা কনা কাঈনদুনা
লমনাইদ্রবা ভাইবংদা।
লমহুকনবগুম লৈহৌরে।

(২)
ভোমশাংনবী শীঙেনও!
থাকচৌং থানা লাকপদা, উননা লৈমাই কুপপদা

নপিজা পুম্বা কেনখরে।
শীংগেন কনাবু য়েংহনা
লৈরাং ভোমশাংনরিবা ?

(৩)

লাইবক চাউবী ইচল-ও।
বসন্তনা ওইরিবৈ, লৈরাং ময়াম্না তিল্লিবৈ,
শীংগেনগী শামাম্নবগা,
খোইমু লৈহী চুপ্নগা,
করিগী লৈরাং নোকহৌদে।

(৪)

শাচ্চৌও, লৈরাং শাচ্চৌও !
শিমিম্নসি রাশকপা মাংমিম্নসি তেমশীংবা,
নতা কনাদা শিন্নহনা
পম্মৌগী লৈকোনগুংসিদা
লৈরাংবু হুপ্পেক-লম্মবোই।

(৫)

মুংশিরবী ইচল-ও !
হেকপিনবা লৈতনা, নশ্বিনবা য়াওদনা,
চীরুবা লৈকোনগুংশিদা,
পত্তুনা পুমহনা মাংখিবা,
লৈরাং য়েংবা ভমজরোই।

(৬)

নাইতোম শাংপী লৈরাংও !
লৈকা চোইনা থীকহুনা লৈরাং লৈশক থংহন্দনা
নংগা শামাম্নবসিংহনা
খোমলেন ভূংথুন হুল্লিবা
ফৈদোমথক্কা চাইথোকে

(৭)

রাকচিংগী গুলাপ লৈনুংশি !
ইপিজানা কেনগ্রবদা, চাম্নবা লৈরাং পঙেংদা

চীক্লবা তাইবং লৈকোন্দা,
লৈরাং নংনা তৌবগুম্না.
শাংনিংদে লৈরাং শাংনিংদে !

---

## শক্তিশেলনা পান্দুনা লক্ষ্মণ তুরবদা শ্রীরামনা তেংথাবা

( অনুবাদ – রামায়ণ )

করম্না ফত্রবা খেনফমদা,
অযোধ্যাদগী লাক্লবা।
পাবুং মহারাজসু ফংখরে,
জানকীসু মাংখরে।
থরাইদগী চেন্না হুংশিবা.
লক্ষ্মণসু শিথরে।
ইমা সুমিত্রানা কপ্লদ,
করম্না থেমজিললুগবা।
ফিজিনা পুন্নম্না লপ্সিবু,
কিশি থোক্তন পুরক্লে।
সমক্রু ইরাংম সিদা
বিধিনা তুংওইনবিরে।
অযোধ্যাদা হনখ্রগা.
ময়ামনা পাউহংলগনি।
করি হায়না তমহনা
করম্না পাউথুমলুগবা।
ঈরৈবাকসু পামদরে.
জানকীসু নিংলুত্রে।
নংবু নত্তনদি, মীরৈবাক্ত,
চাক্লিহুনা চাক্লগে।
তাইবং মালং পানসিদ
ফত্তবা মিংচং লৈহৌরে।
সমক্রুগী ইয়াইনুংদা
ঐগী প্রাণসি থারগে।
হৌগংলো লক্ষ্মণ.
ঈনা শুম্না থুমলক্লে।
ঐনা বন্দা চংপদা
করিগী তুং ইনলকপনো ?
সীতাগী মরমগীদমক্তা,
য়াইবী থরাই মাংনরে।
সনা তানত্রা হায়রবু,
মণি মাংবা তারেদো।
ঐগী ইনাও লক্ষ্মণদি
থরাইগী মণিশুমনি।
করি মরমগীদমক্তা,
রাবণগা লাঙ্গোক্লক্লবা ?
ঐগী থরাই লনসিবু
কনানা হুদনা পুথরবা,

পাম্বোম লিশিং পাল্লব
ঐগী ইনাও লক্ষ্মণগী
অদুগুম্বা লক্ষ্মণবু
বিধি ব্রহ্মা নোংমম্বনা
হল্লরোই, অযোধ্যাদা
কবি মুংঙ্গাইনি খন্দুনা
শঙ্খোগী রাশক ডাক্লবা
বিধিনা নোংদম থীবনা

কার্ত্তবীর্য্যার্জ্জুন কৌবাদা,
পাম্বোম মখা পোনবনি।
হিংচাবনা হাংল্লবা,
কয়া থীনা তমল্লবা?
অমুক হল্লরোই;
ইরৈবাক্তা হনগবা!
বন্দ কোঙবা লাকপনি।
মক্ত ফংন মাংখরে।
(কৃত্তিবাস)।

---

## মৈতৈ লৈবাক।

(১)

চীংনবু কোইনা পনশাবা
হাওনা কোঙনা পনঙ্গাকপা
হৈরাং লৈরাংন থল্লবী ঋতু তরুক্তা থৌগল্লিবী
(মনিপুর সনা লৈবাকও!)
রাখন চাউরবা কবিগী
লাইনা থাবা মফমনি।

(২)

বসন্তগী মতমদা
চীংয়াগী তমরা'পুম্বদা,
মুংশিংকী ফৌরোই য়েংদুনা খোইমু লাবা অমোম্বা
লৈরাংগী খোংলৈ চানবা
মুংশিবা কোলোই শক্লিবা।

(৩)

শরৎ ঋতুনা লাকপদা
থাবল্ল ইপোম হৌবদা

তাম্লবা লোইবী চীংখাংদা নোংয়িনগী মতৌ তম্বদা

তামনা কৌবা চেক্লানা
পঞ্চম স্বরনা খোংলিবা।

(৪)

কনাগী অয়ক্পী ঈমাইদা
থরো থম্বাননা লৈতেংবা!

লমগী চেক্লা সুংশিবী, ময়মগী পোম্বী নিংথিবী,
লৈরাংগী'লক্তা থেক্কুনা
অগোই তাম্বা থিরিবা!

(৫)

কনাগী সন্ধ্যাগী মালংদা
অঙুবা সিন্দুরনা লৈতেংবা!

কনাগী মরম লম্লেন্দা, কাওরেন যঙ্গন মতমদা
সন্ধ্যারতিগী খোঞ্জেল্লা
মাইগৈ তরা নিল্লিবা।

(৬)

কনাগী শংবানবা লৌবুক্তা
নামিব সুংশিৎন ছম্বদা,

অশংবা ফৌনা মথক্তা, ঈশক্কী অগোই শারিবা!
কনাগী তামথরবা লৌবুক্তা
নিংথৌর্বাক্তা শননবা

(৭)

য়োইবু য়োহৈনবা তাল্লিবা
শাবী শানৌ অপুম্বা !
থুবাং চাংজৌ তন্নানা ইদু কাইনা সিশিংনা
চরৈগী ফিগাও শাদুনা
ইমাগী থৌজান নিজরি।

(৮)

( পলেম শকপী ইমাও ! )
ফুন্না দোলানসু মিংহৌদে,
ফিজেৎ চাকচাম্বু কল্লক্তে.
চীংনা কোইনা পঙ্খাবা, হাওনা কোইনা পনডা...
লৈবাক অসিদা পোকপবা,
লৈবাক অসিদা শিজগে।

---

লোইরবা

